# ꯇꯦꯝꯕꯥꯒꯤ ꯑꯍꯥꯟꯕꯁꯤꯡ

# তেম্বাগী অহানবসিং

কারতিক মাইবা



ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌ ꯌꯣꯛꯈꯠ ꯀꯥꯡꯂꯨꯞ, ꯇꯦꯝꯕꯥ
সাহিত্য য়োকখৎ কাঙলূপ, তেম্বা
মনিপুর

# TENTHAGI AHANBASING

A Collection of Short Biographies of Pioneers of Tentha

Compiled by : **Kartik Maiba**

Published by : **Rakesh Naorem (Kokil)** on behalf of
Sahitya Yokhat Kanglup, Tentha





| | | |
|---|---|---|
| First Edition | : | 1st June, 2008 (Sunday) |
| Copy Right | : | Writer & SAYOKA |
| Cover Design | : | Maibam Premojit (Nongin) |
| No. of Copies | : | 500 |
| Price | : | 60/- |
| Page | : | 50 |

Available at : SAYOKA, Writers & All leading book store

Typeset at : Hei-Ya, Malom Keithel

Offset at : M. Kumar Offset Press, Paona Bazar

## পারুবদা নিলহৌবা খোল্লাং

অমুবা কালিনা মনিং তম্না চেনবা কবিগী কলপ্নাদুমক্তি নত্তে ওঝা কারতিক মাইবগী "তেন্থাগী অহানবসিং" মিংথোল্লবা লাইরিক, মপান নাইদ্রবা সমুদ্রগী শাগৎলিবা তশেং তশেংলবা ঈরিক্তুনি ।

মীওইবগী সভ্যতা চহি চা কয়া হৌখ্রে, লিশিং লিশিং লাকখিনি। মাঙলমচৎনা করি তুংলমচৎনা কদায় হংনরিবা, নৈনহৌরগদবা ঋাফম্লি। মসিমক্না হোংহল্লিবা পৃথিবীগী শক্তমসু হৌজিক খুদিংগী। অদুনা ঐখোয়সু খঙবা তাই কনানা কদায়দা করি তৌরি। লাইরিক অসিমকসু মরম অদুগীনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মীওইশিংশিগী মরম খঙবদা থোইদোক হেন্দোক্না নুংঙাইবা পোকই লোয়নন্না তুংগী সভ্যতাদা মমল নাইদ্রবা খুদোল অমা শোয়দনা ওইহৌরগনি মসিগীদমক লাইরিক অসিবু খোমজিন্দুনা ইবিরকপা ওঝা কারতিক মাইব অমদি লাইরিক অসিবু ফোঙদোকপীরিবা ইনাও রাকেস নাওরেমবু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি।

মথং তাবা লাইরিক কয়া ওজাদগী আশা তৌজরি অমদি লাইরিক অসিবু পুথোক্লিবা সাহিত্য য়োকখৎ কাঙলূপ (সায়োকা) তেন্থানা খুদি থিজিন্দনা মীয়ামগী সেবা তৌজবা ওম্নবসু ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজরি। মীওইবগী ইতিহাস লৈরিমখৈ লাইরিক অসি লৌথোকপা য়াদবা মচল অমা ওইহৌরগনি।

তাং ১১।০৫।২০০৮

এন বুদ্ধচন্দ্র সিংহ
সেক্রেতরি
সায়োকা, তেন্থা

# অফোঙবগী মায়কৈদগী

ওজা রাজেন্দ্র, ওজা কার্তিক, ওজা প্রিয়ব্রত, ওজা নিংথৌ নাউরিয়া অমদি ইবোসনা য়াম্লেম, ঐগী খুঙ্গংগী নুংশিজরবা হীরম কয়াদা ঐবু লমজীংবীরিবা ওজাশিংনি। মরি মতাদা য়েংলুরগদি তংনবা য়াদ্রবা কিশি অমনা কিবগা চপ মান্নে। অদুবু মীয়াম্না কৌনবা "ওজা" হায়বসিনা ঐগীসু মিংগী ওইজরে।

কুইরে ঐনা ওজা কারতিক্কী লাইরিক অমত্তং পুথোকসি হায়দুনা তকপসি। নোংমদি য়াম্লবা খুৎই ময়াম অমা ঐঙোন্দা পুথোক্লুনা য়েংহল্লি। লাইরিক অমমম ওইবা য়াবগী মওংদা য়াম্না ফজনা শেম শারম্মী। ঐনা খল্লি, ওজাসি লাইরিকসি ফোঙনবগী থৌরাঙদি তৌবজাৎনি। অদুবু খুদোং চাদবা অমনা ফোঙনিংবা লাইরিকসিং ফোঙবা ঙমদবা ওইরম্মা তাই হায়না। অশেংবমকসুনি, ওজা কারতিক্না ব্রারী লিবীবদগী খঙই, শেল থুমগী অচৌবা অব্রাবা অমা মায়োক্লরি হায়বা। ফোঙসিদি হায়দোক্লুরে ঐসু। অদুবু ঐনা হেক ফোঙদোকপসু চপ মান্নে ঐসু ওজা কার্তিক্না। অদুবু ঐনা "তেল্হাগী অহানবশিং" অমদি "তেল্হা" হায়বা লাইরিক অনিসিগী মেনুস্ক্রপ্ত পুদুনা লাক্লে, নমশিল্লগা থোকঅবা অমা লাকচনি খন্দুনা। অদুবু ঙসিদি পূকচেল চাওরবসিংনা শেলগী তেঙবাং পীবীরকপদগী লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপা ঙমজরে। মসিগীদমক শেলগী মতেঙ পীবিরকপশিংবুসু থাগৎচরি।

তশেংনা লাইরিক অসি ঐনা ওজা কারতিক্তা ফোঙদোক্লবা কন্না তকচরুবগী অচৌবা মরম অমা হায়বা তারগদি – "লম অমা, খুঙ্গং অমা, লৈবাক অমগী হিষ্ট্রি খঙগে হায়রবদি লমদুগী, খুঙ্গংদুগী নত্রগনা লৈবাক্তুগী

অশেংবা হিষ্ট্রি অমা থমহৌবা চুমই। অদুনা তেষ্থাগীসু অদুগুম্বা হিষ্ট্রি অমা শেম্লবা হোৎনবদা মাঙজিল থারম্বা মীশকশিংগী হিষ্ট্রি অদু খক লোৎশিন্দুনা থম্লম্বা য়ারোই। ফোঙদোক্তুনা চুম্না তুংগী মীরোলগীদমক থমহৌবা হায়বসি হৌজিক্কী মীরোলগী তৌফম্রবা থৌদাংনি খনজবদেনি।

লাইরিক অসিদা তেষ্থাগী মাঙজিল থারম্বা / থারম্বী মীওই ৪১গী পুন্সি ব্রারীশিং য়াওরি। লাইরিক অসিবু খোমজিনবীরিবা ওজা কার্তিক্কা মতম কুইনদগী মঙজরকপা মঙ অমা মঙফাওনরে খঞ্জে। ওজাগী মখা তাবা লাইরিক্ক ১ "তেষ্থা" হায়রিবা তেষ্থাগী লম্মিৎ-তুম্মিৎ য়াওরবা লাইরিক অসি পুথোক্ল বা পান্দম থমজরি। লাইরিক অসি ফোঙদোক্লবা হোৎনবদসু মীয়াম্না তেঙবাঙবিনবা নোল্লুকচরি।

চৈচং ঃ ২৮।০৫।০৮

রাকেস নাউরেম (কোকিল)

অফোঙবা

## য়াহে খরদং

"তেছ্বাগী অহানবশিং কৌবা লাইব্রিক মচা অমত্তং হন্দক পুথোকচরিবা অসিগী মতাংদা মীয়ামগী মফমদা য়াহে খরদং থমজরি। ঐখোয়না ঙসিদগী চহি খরগী মমাঙদা থোকখিবা চহি ১৩০ রোমদা থোকখিবা য়াজিং তুরেল অসি তৌথোকখিবগী য়ারী, করি নুমিত্তগী হৌখিবগে হায়বনচিংবা খঙবদা য়ানা থোক্লে। অইবা রেকোর্দ থল্লমদবননি। অদুনা পিক্লবা খুঙ্গং অসিগী মীওইসিংনা তৌরম্বা কনানা কনানো হায়বসি ঙসিদগী চহি ৫০গী মতুংদদি লোইনা কাউনখ্রনি। অদুনা মরম ওইরগা তুংগী নহারোল কয়ানা করিগুম্বা রেকোর্দ থিরকপদা খরদং মতেং ওইগদ্রা খনজবদগী তেছ্বাগী অহানবা মীওইশিং খরদং খোমজিনজবা, ঐনা ঙসি খোমজিঙ্গরিবা অসি তেছ্বাদা অহানবা ওইরক্কদবা মীওই তুংদা পোক্লক্কদবা মীনসু ওইবা য়ারি। হান্না পোকখিবা ঙাক্লসু লোইনা হানবা নত্তে। খোমজিঙ্গরিবা অসিসু অৱাৎপা লৈরম্লোই হায়বনীংঙাই লৈতে। অদুগা খোমজিঙ্গরিবা অসিদসু করিগুম্বদা মীয়াম্না শোয়রব্রা হায়না খনবসু য়াওরমগনি। খৃঃ কুমসিং অমত্তদা পোকপা চৈথাবা মান্নদবসু য়াওরম্বা য়াই। খুদম ওইনা পঞ্জরবদা জানুৱারী থাদা পোকপা অমগা জুনদা পোকপা অমগা চৈথাবা তোঙান তোঙান লৈগনি। চৈথাবা অমত্তনসু খৃঃ চহি খেৎনবা লৈগনি।

অরোইবা ওইনা মতম খরগী মমাঙদা বাইওদাতা খরদং খোঙজিঙ্গদুনা তেবলদা তাদুনা লৈরম্বদগী ইবুংঙো রাকেস নাউরেম্মা মসি ফোঙদোকহল্লা য়াদে ফোঙদোকসি হায়না ঐঙোন্দা থৌনা অমা পীরকপদগী শিন্নখিবনি। অদুগা য়ারিবমখৈদি ফোতো লোইনা হাপচগে খঙ্গবনি। লাইবক থিবদি মতমদুদা ফোতো লৈহৌদবা মশা লৈতবসু য়াওখ্রে। খুদোং চাদবদগী ফংদবসু য়াওরে।

লোইনা হাপ্পা ভমজখিদ্রে। মদুগীদমক ৱারৌবিদনবা মীয়ামগী মফমদা হায়জরি। লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা মীয়ামদগী মতেং খর-খরদাং নিজবদা হরাও-হরাও পীবিরকখিবা মীয়ামবুসু থাগৎচরি। লাইরিক অসি নম্নবা হোৎনবদা শেলগী মতেং পাংবিরকখিবশিং, মোইরাংথেম মনিচান্দ লূপা ৬০০/- ,মোইরাংথেম হেমন্তনা চে লৈনবা মতেং ওইনা লূপা ২৫০০/-, মোইরাংথেম বলরাম লূপা ১০০/-, নাউরেম যুগিন্দ্রো লূপা ৫০০/- হায়রিবা মীওইশিংসিনা শেলগী তেংবাঙ পীবিরকখিবনি। মসিগীদমক লমন তোক্পিঞ্জরে। লোয়ননা লাইরিক অসিবু সাহিত্য য়োকখৎ কাঙলূপকী লাইরিক অমা ওইহনবদা অয়াবা পীবিরকপগীদমক্তা সাহিত্য য়োকখৎ কাঙলূপকী লূপ্লোয় খুদিংমকপুসদু থাগৎচরি।

অরোয়বা ওইনা লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা অৱাবা শরুক য়াবিখিবা, লাইরিক অসিগী অফোঙবগী চাউরবা থৌদাং লৌবিরিবা ইবুংঙো রাকেস নাউরেমবু থাগৎচরি। লোয়ননা লাইরিকসিবু তেল্লবা মতমগী মনুংদা পুথোক্লবা হোৎনবদা চাউরবা থৌদাং লৌবিখিবা প্রেসকী ইচিল ইনাওশিংসু থাগৎচরি। ঙসিদি ঐগী লাইরিক "তেম্বাগী অহানবশিং" মীয়ামদা শিন্নজরি।

চৈচৎ ৩০।০৫।০৮ কারতিক মাইবা

# মনূং লামায়শিংদা

১. শ্রী মোইরাংথেম ইতোম্বী সিংহ
(অহানবা রাজনিতিগী মীশক)



শ্রী মোইরাংথেম ইতোম্বী সিংহ ককচিং চাউবগী কুম, খৃঃ ১৯১১ দা তেহ্বা খোংবান ময়ায় লৈকায়দা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা মোইরাংথেম মাইপাক সিংহ, অপোকপীগী মিংনা মাইবম চনু পুকচোন দেবী কৌই। মচিন মনাও তরূক পোকপগী মনুংদা মরিশুব অঙাংনি। লাইবক থিবদি লোয়নবীশিং পুন্সি শাংনা অয়াম্বা লৈমিন্নখিদে। অহানবা লোয়নবী মাইবম চনূ ইবেচা পান্নরগা মচা নূপা অনি, নূপি অমা পোক্লগা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি। অনিশুবী লোয়নবী নাওরেম চনু পিশকনি, মহাকসু মচা নূপা অমা নূপি অমা পোক্লগ ঈশ্বরগী খুয়া তানখি। অহুমশুবী লোয়নবী কৈদোংবম চনু তোম্বী দেবীনি, মহাকসু মতম শাংনা লৈমিন্নখিদ্রে। ইতোম্বী কৈদৌঙৈদসু নূপি লোন্নবা খক তৌখিদে। শ্রী ইতোম্বী অঙাং ওইরিঙৈদগী মশা মউ ফনা হৌরকপা শান্না খোংনবগী লমদা থব্রাই য়াওরকখি। মূক্কা জাত্রা শান্নখি। মদুনা মরম ওইদুন মহাকপু জত্রা হায়নসূ খঙনৈ। মাবু পোকপা মাইপাক ঈশৈ তৌরকই, মরম অদুনা মচিন মনাও রাবৈন্য ইতোম্বী ঈশৈ তৌরকই। ময়াম্বা রাবৈন্যনা ঈশৈ হল্লগা মানা দুহার চৎপগী থবক তৌরকপা মরম্না মীয়াম্না মাবু দুহার হায়নসু খঙনরম্মী। মতম অদুগী মীওইশিংনা ঙাঙনবা য়াওই, ঈশৈ হৈবা রাবৈ, তৌবা ঙম্বা ইতোম্বী হায়নৈ। শ্রী ইতোম্বী ব্রা ঙাঙবদা অথিংবা লৈতবা মবুক্তি ইচম চম্বা মীওইনি, মী, তিন-লাই কিদবা মীনি। মহাকথক্তা দারোগা (থনা) ফুরুবগী

মতাঙদা সেল য়াম্না তিংখিবা য়াওখ্রপোৎনি। ইকোন কোনবী কৈদোংবম তোম্বী অঙাং থম্লমদনা শিখিবদা মতমদু তেম্বা মীয়াম ৱানবা মতম্নি, 'ইমাই পেম্মা কুমসিসি ঐগী নুপি শিরমদ্রবদি ঐখোয় চরা হেন্দুনা শিবু শিরমগনি, নুপি শিখিবদগী খরবু কোম্লে।' মসিনি মাগী ৱাহৈ, শোরাত্তগী সেল অদুক লেম্লে, পোৎয়েংদগী লেম্বনে, লৈকাইগী মরুপ চেংথাং লাকপনে, ফন কুইন চানরনি। অসুম্না লৈকাইগী মীদা ইচম চম্না ৱারী শাদোক্লগা নোক্কুনা লৈথোকপা ইতোম্বীনি। মাগী তৌবা ঙম্বা মথৌনা অসিদা ইম্ফালদগী মহাজন পাৎচাবা পাটাদারনা মাবু তেম্বাদা, তেম্বা পাৎকী পাৎশেন খোমগৎহল্লি। মনিপুরনা ভারত্তা তিল্লকপগা লোয়ননা অনিরকশুবা মীখল ইং ১৯৫৭কী তেরিতোরিয়েল কাউন্সিলগী মীখলদা মীরেপ ওইনা প্রজা সোসিলিস পার্টিগী তিকেৎতা লেপখি। চরাংপাৎকী সোরোকখাইবম চৌবজিকী মখূত্তা মায়থিখি। লাইরিক লাইশু হৈজদ্রগসু তেম্বাদা পোকখিবা মীওইশিংগী মনুংদা ইহান হান্না প্রজাগী সেবা তৌগে চোংথোরকখিবা রাজনিতিগী পার্টিগী মীওই অমা হায়বা তারগদি শ্রী মোইরাংথেম ইতোম্বী সিংহনা অহানবনি। শ্রী ইতোম্বী খৃঃ ১৯৭৭ কী ফেব্রুৱারী থাদা সংসাবদগী বিদায় লৌখি। তেম্বাগী প্রজাশিংনা রাজনিতিগী অহানবা মীওই মোইরাংথেম ইতোম্বীবু কাউফম থোক্তে।

## ২. শ্রী মোইরাংথেম তোম্বা সিংহ
(সরকারগী ওজা ওইবা অহানবা )



শ্রী মোইরাংথেম তোম্বা সিংহ ককচিং তোমচৌগী কুম খৃঃ ১৯২৯গী দিসেম্বর ২দা তেহ্বা খোংবান্দা পোকখি। অপোকপগী মিংনা মোইরাংথেম লৈরিখোম্বা, অপোকপীগী মিংনা মাইবম চনু তোম্বী দেবীনি। মচিন মনাও নুপা মঙা নুপি অহুমগী খ্বাইদগী ইতোন তোন্না পোকই হায়দুনা মমিং তোম্বা কৌই। ইং ১৯৫১ দা ফানজৌবম চনু থম্বালমচাগা লুহোংদুনা মচানুপি মরি, নুপা অনি লৈ। শ্রী তোম্বা মতম অমদা তেহ্বাদা স্কুল লৈত্রিডৈ, লাইরিক লাইশু তম্বগী মঙাল ফংনদ্রিডৈদা মপা ইবুংঙো লৈরিখোম্বনা খোংজোম তান্না লাইরিক তম্বা থারম্মী। খোংজোমদা ভুবনেশ্বোরী স্কুলদা ইম্ফালদগী আর. কে সনাতোম্বনা হেদ পন্দিৎ ওইনা কানচিপুর হায়স্কুলগী মখাদা লিংখৎলমই। ক্লাস টুগী পরিক্ষা কানচিপুরদা চৎলগা থারকই। ক্লাস টু পাস তৌরগা অমুক ক্লাস ফাইভ ফাওবা খোংজোমদা তম্লগা ক্লাস সিক্সতগী তেন ফাওবা কানচিপুরদা তম্লকখি। মতম অদুদা স্কুল লিংখৎত্রিডৈদা মাগী য়ুমদা প্রাইভেৎ ওইনা অঙাং ৩০ / ৪০ তম্বীরম্মী। ১৯৫৩ দগী তেহ্বাদা এল. পি স্কুল লিংনবা হোৎনরকখি। মদু খুনৌদনি। মতম অদুদা খুনৌদা মোইরাংথেম ঙৌবা সিংহ অপোকপা তম্ফাজাও অমসুং মোইরাংথেম অঙৌবী অপোকপা মাইপাক অনিনা ওজা ওইনবগী য়েৎনরক্কুনা তেহ্বা খুনৌগী প্রজাসিংনা মিচঙ মিথায় নাইদনা অনিমক পোত্থাহল্লগা অহলশু ওইবা হায়দুনা শ্রী তোম্ববু এল. পি. স্কুলগী ওজা

ওইহনখি। ইং ১৯৫৩ দগী ১৯৫৫ ফাওবা প্রাইভেৎ ওইনা পুরম্মী। ১৯৫৬তগী সরকারগী স্কুল ওইদুনা মতম অদুগী ওজা ওইবগী পরিক্ষা (টিচরসিপ একজামিনেসন) পাস তৌদূনা সরকারগী ওজা ওইখি। স্কুল অসি অহানবদা তেম্বা খুনৌগী কাংজেবুং (হৌজিক হায়স্কুল মমাংগী পুখ্রি মনাক অম্বাইদা) দা শানবা হোৎনরম্বনি। লৈরং তারগা উখোং মকক মখোং তিন্না কুপ্পবা হোৎনবনি। মদু শাবা হৌগৎলকপদা অমুক সরকারগী ওর্দর অমদা চেক্লা তংখাই, মখোঙ মতেক খরা মথক তিনগী ওইনা তৌনবা হুকুম থোক্লককখি। মতমদুগী কমিতিগী মী মান্নরক্তবদগী হৈবুংগী প্রজাসিংনা মফম হোংদুনা তেম্বা হৈবুংদা শাখি। শ্রী তোম্বা মতম খরদি স্কুলগী ওজা ওইনা ওইনা ডাকঘরগী চিঠি পুথোক পুশিন চহি ৩ / ৪ তৌরম্মী। মহাক খৃঃ ১৯৯৩ গী মার্চ থাদগী ওজাগী শিনফমদগী পোত্থাদুনা পেন্সন লৌরগা লৈরে। ওজা অসি তেম্বাগী মনুংদা ওজা, সরকারগী ওজা ওইবা অহানবনি। হৌজিক ফাওবা ওজা অসিনা মীয়ামগী থবক্তা চাওখৎ থৌরাং পনজাও পায়দ্রবসূ লৈকায়গী মরূপকী মোহোরি,লৈকায়গী দেবী পুজাগী মরূপকী মোহোরি মতম কুইনা ওইরম্মী। হৌজিক ফাওবা লৈকায় মতেক তেম্বা খোংবান মনিং লৈকায়গী ফন্দ মরূপকী মোহোরিসূ ওইরি। অদুগা তেম্বা ইকোপ নিংথৌ লাই হরাউবগী কমিতিনা শিনবা চহিদগী ঙসিফাওবা লাই হরাউবা অসিগী লাই কৈরুংব ওইরি।

৩. মোইরাংথেম অঙৌবী সিংহ

(সরকারগী ওফিসকী অহানবা থবক তৌবা)



শ্রী মোইরাংথেম অঙৌবী সিংহ অন্দ্রো অঙৌগী কুম তাং ১১ নবেম্বর ১৯৩৪ নোংমাইজিং নুমিত্তা তেন্থা খুনৌদা পোকই। অপোকপগী মমিংনা মোইরাংথেম মাইপাক সিংহ অপোকপিগী মিংনা লৌক্রাকপম চনু কবোক্লৈ কৌই। মচিন মনাও অহুমগী মনূংদা অহলনি। খুঙ্গংদা পোক্লবসু অঙাং ওইনা কানচিপুর হায়স্কুলদা ক্লাস তেন ফাওবা তমলকখি। ইং ১৯৫০ দা মাইবম চনু মাইপকপি দেবীগা লুহোংই। অঙাং তরুক্নি, নূপি অহুম, নূপা অহুম্নি। মতম অমদা সরকারগী থবক তৌবগী ক্লাস আইট পাস তৌরবদি থার্দ গ্রেৎকী থবক য়ারম্মী। তেন্থা খুনজাও প্রাইমারি স্কুল অসিদা ১৯৫৪-৫৫ দগী ১৯৫৭-৫৮ ফাওবা প্রাইভেৎ স্কুল ওইরম্মী। স্কুল অসিদা শ্রী অঙৌবীসু ওজা ওইবা য়াওরম্মী। ১৯৫৮-৫৯দগী সরকারগী স্কুল ওইরকখি। চহি অমরোম সরকারগী ওজা ওইরক্লবদা সরকারগী ওজা নত্তবা ওফিসকী থবক সাইদ ইন্কম লৈবা থবক আমিন (বন্দোল)গী থবকসু ইং ১৯৫৯ দা আমিন ওইনবা ওর্দর থোক্লকই। মতম অদুদা মী অমনা তলব অনি চাবা য়াদবদগী ওজা ওইবগী থা

অমগী তলব সরকারদা হন্দোকখি। ১৯৫৯ দগী ওজা ওইবগী ফম থাদোকখি। অঙৌবী ক্লাস য়ামদ্রবসু মতম শাংনা থবক তৌরকপগী মতিক প্রমোসন কারক্তুনা আমিন্দগী এস. কে (সুপরভাইজর কানংগু) ফাওবা ওইরকখি। ইহান হানবা আমিনগী থবক ১৯৫৯ দা ইম্ফাল রেষ্টকী ব্বাংগোই ব্লোক্কী মনূং চনবা ময়াং ইম্ফালদা তাদুনা চহি ১০ মুক লৈরম্মী। মদুগী মতূংদা তেংনৌপল এস.দি.ওগী মখাদা অমুকসু লৈরম্মী, অদুগী তুংদা অমুক ককচিং এস.দি.ওগী মখাদা ককচিংদা লৈরম্মী। অদুদগী ইম্ফালগী দাইরেক্তর সেটলমেন্ত লম্ফেলদা মতম খরা লৈরম্মী। অমুক হন্না থৌবালদা হল্লক্তুনা য়াইরিপোক নিংঙেললোমদা থবক অমুক পুরম্মী। মথঙদা ব্বাইখোং এস.দি.সিগী মখাদা ব্বাইখোংদা পুরম্মী। মতম অদুদদি এস. কেগী থবক ওইনা পুরে। অদুগী মতূংদা থৌবালদা অমুক লাক্তুনা (এফ.সি.এস) ফুদ কোর্পোরেসন ওফ ইন্দিয়াগী এস. কে ওইনা পুরম্বদগী ১৯৯৮ দগী সরকারগী থবক্তগী পোত্থাদুনা লৈরে। শ্রী অঙৌবী তেছ্বাদা পোকখিবা মীওইশিংগী মনূংদা সরকারগী ওফিসকী থবক তৌবা অহানবা মীশক্নি।

৪. মোইরাংথেম মৈধম সিংহ্
(তেন্থাগী অহানবা প্রধান)



শ্রী মোইরাংথেম মৈধম সিংহ্ অন্দ্রো কুন্দগী কুম খৃঃ ১৯৩৩ দা তেন্থা খোংবান্দা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা মোইরাংথেম রাবৈন্য,অপোকপিগী মিংনা সনসম চনু অঙাংজাওবী দেবী কৌই। মচিন মনাও নূপা মরি নূপী অহুম পোকপগী মনূংদা অনিশুবা নূপানি। লোয়নবীনা নাউরেম চনু ইবেমহল দেবীনি। মচানূপা অহুম নূপী অমা পোকখি। ইউ পি পঞ্চায়েৎ রাজ এক্ট ১৯৬০ গী মখাদা মনিপুরদা ১৯৬৪ দা মনিপুরদা অহানবা পঞ্চায়েৎ ইলেক্সন্দা তেন্থা গ্রাম পঞ্চায়েৎকী প্রধান মীরেপ ওইনা প্রধান কাখি। শ্রী মৈধম সিংহ্গী মরাইবক ফবা অমনা মতম অদুগী ইলেক্সন চহি ৩০ শুদ্রবদি প্রধান ওইবা য়াদে হায়বা অনওফিসিয়েল ওইবা তোকঙা অমদগী ময়াম্বা নিংথেমজাওনা চহি ৩০গী মখাদা পাল্লম্বদগী মৈধম নোমিনেসন ফাইন তৌখিবনি। মীওই অহুম লম্বা তৌনবদগী মৈধম প্রধান কাখি। চহি ৫ প্রধানগী থবক তৌরম্লগা মতূংদা নট পালাগী ইশৈদা মায় ওনসিনখি। মহাক্না হিংলিঙৈদা তেন্থা খুঙ্গংসিগী চাউখৎ থৌরাং কয়াদা মায় ওক্সিনবিরম্মী। মৈধম তেন্থাগী অহানবা প্রধাননি।

## ৫. মোইরাংথেম রাজেন সিংহ

**(তেহ্বাগী মহৈ মসিং তম্বদা মেত্রিকতগী এম. এ. ফাওবা অহানবা মীওইনি)**



শ্রী মোইরাংথেম রাজেন্দ্র সিংহ সোইবম গোবিন্দগী কুম শক ১৮৫২ (খৃঃ ১৯৪১)গী ফেব্রুৱারী তাং ১৫ ফাইরেনগী ১৯নি পানবা থাংজা নুমিৎতা তেহ্বা খুনজাও ময়াই লৈকায়দা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা মোইরাংথেম ইবোতোম্বা, অপোকপিগী মিংনা নাউরেম চনু কুমতি দেবীনি। অঙাং ওইরিঙৈদা মমা মপা অমদি লৈকাইগী মীশিংনা মাগী মমিংনা মোইরাংনিংথৌ হায়না কৌনরম্মী। এম ই স্কুলগী থাক ফাওবা মোইরাংনিংথৌ কৌরম্বদগী হায়স্কুল কলেজগী থাক য়ৌরকপদদি রাজেন ওহ্লোকখি। অঙাং ওইরিঙৈদা খোংজোম এম ই স্কুলদা ক্লাস সিক্স ফাওবা তম্লগা চাওয়াইমা হায়স্কুলদা তমদুনা ১৯৬০দা মেত্রিক পাস তৌখি। দি এম কলেজদা আই এ দা ফার্ষ্ট দিভিজনদা পাস তৌরগা লমদিং হায়স্কুলদা ওজা ওইরগা ইম্ফাল কলেজদা নুমিদাংগী কলেজদা বি এ তমখি। ১৯৬৪দা বি এ পাস তৌখি। ১৯৬৮দা গৌহাতি ইউনিভর্সিতিদা ইকনমিক্সতা এম এ সেকেন্দ ক্লাসতা পাস তৌখি। ১৯৭০দগী থৌবাল কলজদা লেকচরর ওইনা পুরকখি। লায়রবা ইমুংদা হৌরকপনা মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিদা খোংজোম এম ই অমসুং থৌবাল চাওয়াইমা হায়স্কুলদা ক্লাস তেন ফাওবা স্কুল কাবদা খোঙনা কারকখি। কলেজ তম্লবফাওবদ সাইকল লৈদবনা সাইকল থৌবা হৈরমদে। তেহ্বাদা পোকপা মীওইশিংগী মনুংদা মেত্রিক, আই

এ, বি এ, এম এ পাস তৌখিবা অহানবা মীওইনি। ১৯৬৬তা মাইবম চনু মেম্মাগা লুহোংখি। মথংদা নাউরেম চনু জামিনিগসু লৈমিন্নখি। অঙাং নূপি মরি নুপা অনিনি। শ্রী রাজেন ইং ২০০০ গী সেপ্তেম্বর থাদগী কলেজদগী পোথাখ্রে। মহাক্না তৌরম্বা, তৌরকখিবা খরদং পনজবা তারবদি অঙাং ওইরিঙৈ কলেজ তম্লিঙৈ ভারৎ পাকিস্তান লান থেংনবা ১৯৬৫ অদু তারুরগা জব্রানসিংনা মাগী নুংসিনবী লৈরবসু লাম্মী অমা ওইনা মথৌ তৌবা তারকপা , নুংসিনবী কায়নদবা য়াদদুনা কায়নবা মদুগী ব্রাখলদা ড্রামা অমা 'কায়না মৈচাক' কৌবা ড্রামা ইদুনা শান্নহনখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী ইবা পান্নকখিবা মীওইনি, হায়স্কুল ছাত্র ওইরিঙৈদগী কলেজ কাবা ফাওবা মেগাজিন কয়াদা আর্তিকল কয়া হাপ্লকই। চাওয়াইমা হায়স্কুলদা ১৯৫৭ গী মেগাজিন্দা 'কলম' কৌবা শৈরেং মথংদা 'মৈতৈ কোকিল' কলেজদা 'লৈনম য়াওদ্রে, লৈমন চল্লে' কৌবা শৈরেং হাপ্লকই। কলেজ মেগাজিন্দা ব্রারী মচাসু হাপ্লকই, ইম্ফাল কলেজ মেগাজিন্দা 'মহৈ অমসুং লন' হাপ্লকই। রাজেনগী অহানবা পুথোকখিবা লাইরিক অমা হায়বা তারগদি ক্লাস তেনগী জিওগ্রাফিগী ব্রাহং পাউখুম পুথোক্তুনা ছাত্রসিংগী লমজিং লমতাক ওইহনখি। মতূং তারকপদদি ভারৎ-রসিয়াগী লল্লোন-ইতিক ১৯৭৮ ইথোরকখি। মসিদা মহাকপু সোভিয়েৎ লেন্দ নেহরু এব্রার্দ ১৯৭৮ ফংলকখি। মথং মথং ব্রাংজিং তুরেন তুথৈরোন, হৈরেম খুনজান চুম্বরম, হৈরেম খুনজান শৈথারোল, তাইবঙ মীরল্লেন, মী অমসুং লাইবক, কাষ্টব্রিজগী মেয়র, অসি ওইরে তাইবঙপান, মসি তাইবঙ লিলানি,তাইবঙ ফাম্বাক্তা, শৈরেং পিকনাও, শৈরেং অপিশক, দর্শনিক্কী মিৎয়েংদা উরিরৈ, থৌবাল কলেজদা ঐগী চহি ৩১ থা ৮, শৈরেং চম্ফুৎ ব্রারেং চম্ফুৎ, হিংনা হিংনা হিংনিংই, ঐগী থম্মোই কুরুক্ষেত্রদা, রাজেনগী রাজেন রাজেন রাজেন, থৌবাল কলেজ পাউদম(বুকলেৎ ১৪গী অপুনবা), লৌনম লাং অসিনচিংবা পুথোকই।

শ্রী মোইরাংথেম রাজেন১৯৬৬ তা তেম্বা খুনজাও ইউ জে বী স্কুল



লিংখৎপদা মতম খরা সেক্রেতরী ওইরম্মী, রাজনিতিগী ইহান হান্না য়াওখিবা পার্তিদি সংযুক্ত সোসেলিস পার্টিদা য়াওরকখি। মতূংদা ভারৎ কম্যুনিষ্ট পার্টিদা য়াওরকখি। শ্রী রাজেন কলেজগী ওজা ওইবা তোক্লমদাইগী মতমদা হরি ভক্তিগী মায়কৈরোমদা খোঙ থাংজিন্দুনা খোংগ্রাও কোৎকী মহুত্তা ফৈজোম শেৎলগা লেনবা হৌরকখি। অপোকপা লৈখিদবগা লোয়ননা গেরুৱা মচুগী তুপি অমা থাদোকখিদ্রে। জিব হিংসা তৌররোই হায়দুনা ঙা চাবা তোক্তুনা মনা মশিং হৱাই চাদুনা লেল্লি। মীয়ামগী অমদি চগৌর সম্প্রদাইগী মায়কৈরোমদা পূক্লিং চঙখিদুনা অপোকপা ইবোতোম্বা মেমোরিয়েল এৱার্দকীদমক নট সংকীর্ত্তন সংঘ তেকচমদা লুপা ২০,০০০ /- (লিসিং কুন) দান তৌখি। মসিনা সংকীর্ত্তন সংঘ অসিনা নট কালাগা মরি লৈননা এৱার্দ অসি পীরি। অদুদসু নত্তনা মনিপুর সাহিত্য প্রচারক সভা ৱাংজিংদসু সাহিত্য সেবক ইবোতোম্বা এৱার্দকী লুপা ৪০,০০০ /- দান তৌখি। মসিনা সভা অসিনা চহি ২ /২গী সাহিত্য সেবক মীওই অনি অনিদা এৱার্দ অসি পীরি। শ্রী রাজেন্দ্র সিংহ নট একাদমী তেম্বাগী (লাইফ মেম্বর), দিভাইন লাইফ সোসাইতি, মনিপুর তেম্বাগী (লাইফ মেম্বর), মনিপুর সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল, নহারোল সাহিত্য সমিতি, ইম্ফাল, মনিপুর সাহিত্য সমিতি থৌবাল, প্রোগ্রেসিভ রাইতরস এসোসিয়েসন মনিপুরগী (লাইফ মেম্বর)ওইরী। মনিপুর সাহিত্য প্রচারক সভা ৱাংজিং অমসুং সাহিত্য সেবা সমিতি ককচিংগী (পেত্রোন) মেম্বর ওইরকই। সাহিত্য য়োকখৎ কাংলুপ তেম্বাগী এদভাইজর লোয়ননা আর তি তিভি তেম্বাগী এদভাইজরি কমিতিগী সেক্রেতরী ওইনা পুরকই। ওজা অসি মায়কৈ অসোমগী মহৈ মশিংগী থাক্তা খ্বাইদগী অহানবা মীশক অমনি।

৬. কোইজম ইবোতোম্বী সিংহ

(তেছ্বাগী অহানবা বি এ বি তি)



শ্রী কোইজম ইবোতোম্বী সিংহ অথোকপম পুর্নসিংগী কুম ১৯৪১ ইং নবেম্বরগী তাং ৯ ইরাই নুমিৎতা তেছ্বা খুনৌদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা কোইজম অমুবা অপোকপিগী মিংনা অমুম্না দেবী কৌই। লোয়নবীনা মোইরাংথেম চনু কুঞ্জবতি দেবী কৌই। অঙাং নুপা অহুম নুপি অমা অঙাং মরিনি। শ্রী ইবোতোম্বী অঙাং ওইরিঙৈদা ৱাংজিং এম ই স্কুলদা ক্লাস সিক্স পাস তৌরগা চাওয়াইমা হায়স্কুলদা তম্লকখি। ১৯৬১ দা মেত্রিক পাস তৌরগা ১৯৬৬ বি এ পাস তৌখি। বি এ পাস তৌরবা মতুংদা লমদিং হায়স্কুলদা এসিস্তেন্ত তিচর ওইনা য়াওরকই। ১৯৭৫ দা বি এ বি তি পাস তৌখি। ওজা ওইবনা মাগী শিনফম্নি অতৈ অতোপ্পা লমফৈ অমত্তা চৎখিদে। মী অমদা তস কুস লৈতবনা লমদিং হায়স্কুলদা লেঙদনা লৈদুনা ওজাগী সিনফম থাদোক্লকপা ফাওবা হোংদোক হোংজিন লৈতে। ইবোতোম্বীবু সেলেক্সন গ্রেজুএদ টিচরনি হায়না লৈ। খৃঃ ২০০২গী ফেব্রুৱারী তাং ২৮দগী ওজা ওইবগী ফমদগী পোত্থাদুনা লৈ। ওজা অসি তেছ্বাগীদি ওজাসিংগী মনুংদা বি এ বি তিগী অহানবা ওজানি।

৭. নাউরেম কুঞ্জবাবু সিংহ

(অহানবা তেন্থাগী এম এল এ)



শ্রী নাউরেম কুনজবাবু সিংহ অথোকপম পুর্নসিংগী কুম খৃঃ ১৯৪১গী মে থাগী তাং ২৭, নোংমাইজিং নুমিৎতা তেন্থা খুনজাও নাউরেম লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মমিংনা নাউরেম নিংথেমজাও অপোকপিগী মিংনা মোরাংথেম চনু তবাবী দেবী কৌই। মপা মমাগী নিংঙোল নিপান পিবা অমখক্তনি। নিংঙোল ময়াম মরক্তা পিবা মথন্তা য়াওবনিনা মপা মমানা য়াম্না লুনা তৌরম্মী। য়াম্না লায়রনা হৌরকপনা মহে মশিং থাক ৱাংনা তমহনলকপা ঙমখিদে, ক্লাস ফাইভ ফাওবদমক তম্লকখি। এল পি তম্লিঙৈদা মমান্নবসিংদগী মকোক থোংনা লাকখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মমান্নবসিংদগী মকোক ওইবা পান্নকখিবা মীশক্লি। শ্রী সিংহনা ক্লাস ফোর তম্লিঙৈদা অঙাংসিং অমসুং মমান্নবসিংদা লিক্লি গ্লাস অমবু কপনি হায়না খলহল্লগা রবরগী বোল অমা পুথোক্লগা তোর্নামেন্ত লিংখত্তুনা কপ লৌনহল্লি। (বোল শান্নফমদি তেন্থা খুনজাও বামোন মান্দোপকী নাকন্দা সরক্তনি।) লাইরিক লাইশু য়াম্না তমহৌদ্রবনিনা করম্না পুন্সি লেনগদগে খনবদা অহানবদা ফুরিৎ তৃবগী থবক হান্না চঙলকই। মদুনা সেন্দাল লম্বী ওইবা ঙমদদুনা মমান্নবা অহুম পুন্সিন্নরগা দুকান অমুক ফম্লম্মী। শেনকোক য়ামদবনা কুইনা হিংবা ঙমদদুনা তোকখি। পাত্তা কুমদুনা খোই থাদুনা অমুক হোৎনখি। ১৯৬০দা মাইবম চনু ললিতাগা য়ুম পানবগী লম্বীদা খোঙদারকখি। ১৯৬৫–৬৬ তা তেন্থা খুনজাও কলেক্তিব ফার্মিং কো–ওপ সোসাইতি লিংখত্তুনা মহাক্না সেক্রেতরী ওইনা থবক পুরকখি।

সোসাইতিগী সেক্রেতরী ওইনা মনিপুর সরকারগী মরি লৈনবা ওফিস অয়াম্বা শকখণ্ড মায়খণ্ডনরকখি। তেছ্বা খুনজাও ইউ জে বি লিংখৎলকপদা চিয়ারমেনগী থবক পুরকখি। মথণ্ডদা খরুংপাৎ লমজাওখোং খোং অহনবী ফিসিং কোপ-ওপ সোসাইতিগী সেক্রেতরীসু পুরকই। মতম অদুদগী মীয়াম্বা কুনজবাবু শকখণ্ডনরকই। চেনবা চোংবা ওফিসকী নংনবা চেনবদা রাজদুৎ অঙাঙবা অমা লৈরগা চেল্লকপনা প্রজানা অমদি ওফিসকী মীশিংনা মাবু মশক খঙবা হৌরক্লে। ১৯৬৪গী পঞ্চায়েৎ ইলেক্সন্দা মেম্বর ওইরকই। রাজনিতিগী মায়কৈদা অহানবা খোঙদারকপদি কম্যুনিষ্ট পার্টিনি। মথংদা কংগ্রেস পার্টিদা মিং চন্দুনা য়াওরকখি। ১৯৬৯ দগী মনিপুর পিপলস পার্তি লিংখৎলকপদগী ১৯৭২গী মনিপুরগী কেন্দ্র হুম্ফু খায়দোক্লকপা মতমদা কংগ্রেস তিকেৎ ফংলোইদবা মরম্না এম পি পিগী তিকেৎতা মীখল থেংনখি। মীখলদা মায় পাকখি। শ্রী কুনজবাবু লাইরিক য়াম্না হৈত্রগসু মানা ঙাঙথোকলকপদা মীবু শুমহৎপা ঙম্বা গুন অমদি য়াওই। ইলেক্সন মমাঙদা মনিপুরগী তম্পাক্কী কেন্দ্র অয়াম্বদা ব্রা ঙাঙলুই। করিগুম্বদা কুনজবাবুগী ভাসন্দা লৈ পরেং হুক্লকখিবা, পৈশা থাখিবা য়াম্না য়াওই। মতম অদুগী ইউ এল পি গী চিফ মিনিস্তর অলিমুদ্দিন্না লুনা তৌবা মীওইনি। ১৯৭৮ দা কুনজবাবু সংসারদগী বীদায় লৌখ্রে। ব্রাংজিং তেছ্বা কেন্দ্রগী মাবু থেংনহৌবা মীওইসিংনা ঙসি ফাওবগী মনুংদা এম এল এ দা কুনজবাবুগুম্বা য়াওদ্রি হায়নরিবনি। খ্বাইদগী চাওখৎত্রবা খুঙ্গং তেছ্বা ওইরম্বদগী ঈশিং ফত্তবা মরক্তা লৈবনি। তোতিগী ঈশিং থক্লবা মৈ ফংনবা প্লান তৌরম্বা, কংলা চিংদোন্দা আই বি গী প্লান তৌরম্বা ব্রাংজিং হায়স্কুলবু সরকারগী ওইনবা হোৎনরম্বা, লাংঙথেলগী দাম শানবগী প্লান তৌরম্বা অমসুং ব্রাংজিং তুরেন মমৈ তৌথোক্লম্ব ময়ামসিং অসি তেনখ্রবা মতমদা হোৎনরম্বনি। মতম শাংনা তার্ম শুদনা সরকার কায়খিবদগী থবক ওইনা পাঙথোকখিদ্রবসু ঙসি ফাওবা কেন্দ্র অসিগী মীয়াম্না শোন্নরি। মহাক তেছ্বাগী ওইনা অহানবা এম এল এ নি। ১৯৭৮গী দিসেম্বর থাদা সংসারদগী বীদাই লৌখ্রে।

## ৮. মোইরাংথেম বলরাম সিংহ

## (দোক্তরেৎ মিংথোল ফংবা অহানবা)



শ্রী মোইরাংথেম বলরাম সিংহ হুইদ্রোম তোলপিশক্কী কুম ১৯৪৬কী অগষ্টকী তাং ৮, থাংজা নুমিৎতা তেহ্বা খোংবান্দা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা মোইরাংথেম কালঞ্জুর সিংহ, অপাকপিনা মাইবম চনু ইবেমচাউবীনি। মচিন মনাও নূপা মরি নূপি অহুম মচিন মপব্বা তরেৎকী মনূংদা মহাক্না অনিশুবা অঙাংনি। শ্রী বলরাম অঙাং ওইরিঙৈদগী স্কুলগী দিবেতিং কম্পিতিসন কয়াদা শরুক য়ারকই। ১৯৬৬ ক্লাস তেন পাস তৌরগা মথং মথং থৌবাল কলেজ, ইম্ফাল কলেজ, দি এম কলেজদা বি এ পাস তৌখি। মতুংদা ১৯৭২-৭৩দা ওরিস্যাগী উৎকল ইউনিভর্সিতিদা এম এ জিওগ্রাফি পাস তৌখি। ভুগোলগী সবজেক্ত লৌরকপগা ইম্ফালগী মরমদা নৈনদুনা 'ইম্ফাল এ প্লান্নিং ভিয়ু' হায়বা থেসিস অসিদা দাক্তর বি এন সিনহাগী গাইদ মখাদা ১৯৮০ দা দোক্তর মিংথোল ফংখি। শ্রী সিংহ য়াঙেনবম কুমার কলেজদা জিওগ্রাফিগী ওজা ওইদুনা হেদ ওফ দিপার্টমেন্ত ওইনা লৈরম্বদগী ৱাই কে কলেজগী প্রিন্সিপাল য়াম্লেম তেজেন্দ্র লৈখিদ্রবা মতুং ২০০২গী আগষ্ট থাদগী ৱাই কে কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইদুনা লৈয়রি। শ্রী বলরাম ১৯৬৬ তা তেকচম চনু সনাতোম্বীগা লুহোংদুনা মচানূপা মরি মচানূপি অমা ফংজখি। তেহ্বাদা পোকপা মীওইশিংগী মনুদা পি এচ দি (দোক্তরেৎ) ফংবা অমসুং কলেজগী প্রিন্সিপাল ওইবা অহানবা মীওই অমনি।

১. কারতিক মাইবা

তেন্থাগী অহানবা কবি (আদি কবি)



কারতিক মাইবা হুইদ্রোম তোলপিশক্কী কুম খৃঃ ১৯৪৬কী সেপ্তেম্বর তাং ৩ লৈবাকপোকপা নুমিৎতা তেন্থা খুনজাও মাইবম লৈকাইদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা অঙৌথোই, অপোকপিগী মিংনা মোইরাংথেম চনু তোম্মেমচা কৌই। কারতিক মাইবা মপা মমাগী অহুমশুবা মচানি। মথক্তা ময়াম্বা অমা মচে অমা মখাদা মচন অমা মনাও অহুম্নি। কারতিক মাইবগী লোয়নবীগী মিংনা সোরোকখাইবম চনু লন্ধোনি কৌই। মচানুপা মরি, নুপি অমনি। মহাক ১৯৭১ ইংদা পি ইউ সি পাস তৌরগা মখা থমথখিদ্রে। কারতিক অঙাং ওইরিঙৈদগী মীয়ামগীদমক পুন্সি কথোক্নুনা লাকই। ১৯৬৬তগী ১৯৭৭ ফাওবা তেন্থা খুনজাও ইউ জে বী স্কুলগী প্রাইভেৎ ওজা ওইনা পুরকই। ১৯৬৯ দা তেন্থা গ্রাম পঞ্চায়েৎকী মেম্বর ওইরকই। ১৯৭০দগী তেন্থা আইদিয়েল য়ুথ ক্লবকী সেক্রেতরী ওইরকই, অমসুং ক্লব অসিগী প্রসিদেন্তসু হন্না ওইরকই। ১৯৭৮-৭৯দগী ১৯৮৫ ফাওবা খরুংপাৎ ফিসিং কম পিসিকলচর কো-ওপ. সোসাইতিগী সেক্রেতরী ওইনা থবক পুরম্মী, তেন্থা খোংবান খুনজাও কলেক্তিব ফার্মিং কো-ওপ. সোসাইতিগী সেক্রেতরী ওইনসু পুরম্মী। ১৯৭৮ দগী ৮০ ফাওবা মনিপুর সাহিত্য প্রচারক সভাগী প্রসিদেন্ত ওইরকই। মনিপুর নাত্য সাগর তেন্থাগী প্রসিদেন্তসু ওইরকই। সাহিত্য য়োকখৎ কাংলুপ তেন্থাগী প্রসিদেন্তসু ওইরকই। নাত্য শাগর তেন্থাগী দিরেক্তর ওইবকই।

১৯৮১দগী তেম্বা থোংখোং বাজারগী সেক্রেতরীসু ওইরকই। থৌবাল দিস্ত্রিক কংগ্রেস কমিতিগী সেক্রেতরী (১৯৯২-৯৫) ওইরকই। ৱাংজিং তেম্বা এস কে ওইল দিলর এসোসিয়েসনগী সেক্রেতরীসু ওইরকই। এম তি এল হৌজিক্লা আর তি তিভিগী এদভাইজরি কমিতিগী চেয়রমেনসু ওইরকই। অঙাং ওইরিঙৈ মনিপুরগী ষ্টেটহুদ তানবদা জেলদা চঙবা য়াওখি। ১৯৭১ দা ''লৈখল খরা'' কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা পুথোকখি। মতুং তাবদা ১৯৮৩ দা ''অহিংববু কি'' হায়বা শৈরেং লাইরিক অমসু পুথাকখি। ১৯৯৬ তা ''মৈতৈ নিংথৌরোলসিং অমসুং চৈথাবা'' কৌবা ইতিহাসকী ওইবা লাইরিক অমা পুথোকখি। অসিদসু নত্তনা কারতিক্লা ইদিতর ওইদুনা ''খোমজিনবা ৱারী মচা'' মনিপুর সাহিত্য প্রচারক সভাগী লাইরিক অমা, অদুগা ''মচু তরেৎকী অতিয়া'' অমসুং ''চিংনুংগী হারি'' কৌবা সাহিত্য য়োকখৎ কাংলুপকী লাইরিক অনি লোইননা ইকোপ নিংথৌ হরাওবগী বুকলেৎ অমসু পুথোকখি। লাইরিক য়াম্না পুথোকখিদ্রবসু লমদম অসোমদা তেম্বাদা সাহিত্য খুৎমাবা মীওই অমনি হায়দুনা ২০০৪ ওক্তোবর ৩১ দা সাহিত্য য়োকখৎ কাংলুপ্পা আদি কবি হায়না ইকায়খুম্নবা উৎপিখি। ইং ২০০৫ দা দাঃ অম্বেদকার ষ্টেট এৱার্ডসু ফংখি। ১৯৮১গী সেপ্তেম্বর ২০ দা ওল মনিপুর প্রোগ্রেসিভ রাইতরস এন্দ কলচরেল এসোসিএসন্না সিনবা ওল মনিপুর লিতররি কম্পিতিসনদা ৱারীমচাদা ২ শুবা মনা ফংখি। কারতিক মাইবা তেম্বা খুনবু মীনা মশক খঙনবা তেম্বাগী রাজনিতি সাহিত্য, শান্ন-খোৎনবা, নট সংকীর্ত্তনগী মীইওইবু পাউ চেদা ইদুনা তেম্বাবু মশক তাক্লবা হোৎনরিবা মীশক অমনি। হৌজিক অরিবা ধর্ম্মগী লাইগী থৌরম কয়াদা পূক্লিং থমদুনা লাই হরাওবগী থৌদা তৌদুনা লৈরি।

## ১০. মোইরাংথেম নরসিং
## (তেহ্বাগী অহানবা মনিপুর সরকারগী মন্ত্রি)



শ্রী মোইরাংথেম নরসিং তেঙ্গুবম চাউবগী কুম ১৯৪৯গী মে থাগী তাং ২৭ তা তেহ্বা খোংবান্দা পোকখি। তেহ্বা খুনজাও প্রাইমারি স্কুলদগী হৌরক্লগা চাওয়াইমা হায়স্কুল১৯৬৪ দা ক্লাস সেভেন পাস তৌরগা ৱাংজিং হায়স্কুলদা ১৯৬৫ দা ক্লাস তেন পাস তৌখি। ১৯৬৭–৬৮দগী কলকতাদা হোমিওপেথিক দোক্তর তম্বা চৎখি। ১৯৭১ দা কলকতা ইউনিভর্সিতিদা মেদিকেল গ্রেজুএদ (হোমিও) ওইরকখি। মহাক মনিপুরগী ওইনসু হোমিওগী ত্রেনিংদা অহানবা ওইরকখিবনি। মতম অমগী মনিপুরগী অহানবা ফিলম ‘‘মতমগী মনিপুর’’দসু দোক্তরগী পার্ট কুমখি। ১৯৭৪ দগী রাজনিতিদা খোঙদাবা হৌরকখি। অহানবা ওইনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগা কংগ্রেসকা এলাইন্স তৌনদুনা ৱাংজিং তেহ্বা কেন্দ্রদা সি পি আইগী কেন্দিদেৎ ওইনা থোক্লকপা হৌখি। তার্ম অনিরক মায় পাকখিদ্রবসু অহুল্লকসুবা ১৯৮৫ দা সি পি আইগী মীরেপ ওইনা ৱাংজিং তেহ্বাগী মিহুৎ ওইনা কাখি। অমুক হন্না ১৯৯০ দা অমুকসু হন্না এম এল এ ওইরকখি। মতম অদুদা মনিপুরগী ওইনা সি পি

আইগী মিহুৎ মাখক্তনি। অদুবু চুংশিন্নবা সরকার শেমদুনা শ্রী নরসিং এনিমেল হজবেন্দরীগী মন্ত্রি ওইখি। মতম সুনদি মন্ত্রি ওইখিদ্রে। অদুবু মতমদুদা মহাক্লা ওইরম্বসিংদি 'ওল ইন্দিয়া পিচ এন্দ সোলিদরিতি ওর্গনাইজেসন' গী মনিপুর ষ্টেটকী জেনেরেল সেক্রেতরী ওইরম্মী। ইন্দিয়ান পিপল থিএতর এসোসিএসন (ইপতা)গী ভাইস প্রসিদেন্ত ওইরম্মী। লোয়ননা (ই পি পি এন দব্লিউ) ইন্টরনেসনেল ফিজিস্কিয়ন ফোর দি প্রিভেনসক ওফ নিয়ুক্লিয়র ব্বারগী ইন্দিয়াগী ভাইস প্রসিদেন্তসু ওইরম্মী। মরক্তা মায়থিবা ফংলুরবা মতুংদা অমুক হন্না ২০০২ দা কেন্দ্রগী মিহুৎ ওইনা কাদুনা মতম খরা আর্ট এন্দ কলচর মন্ত্রি পায়রম্মী। মহাক মনিপুরগী হোমিওগী চেয়রমেনসু পায়রি। অতোপ্পা লমদা ভারৎকী মীহুৎ ওইনা হেক হেক চৎলি। 'প্রকৃতিনা তেংথাবা' কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমসু পুথোকখ্রে। শ্রী নরসিংহ লোংজম চনু বীনাগা লৈমিন্নদুনা মচা নূপি অমা নূপা অমা থন্নল্লগাা লোয়নবী বিনা সংসারদগী বীদায় লৌখ্রে। শ্রী নরসিংহ তেম্বাগী ওইনা সরকারগী মন্ত্রি ওইবা অহানবা মীশক্নি।

## ১১. শ্রী নাউরেম লম্বোন সিংহ্ (তেছাগী অহানবা বি এস সি)



শ্রী নাউরেম লম্বোন সিংহ্ খাঙেনবম চন্দ্র সিংহ্গী কুম ১৯৪৭ কী অগষ্টকী তাং ১৫ য়ুমশকৈশ নুমিৎতা তেছা হৈবুংদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা নাউরেম থোইবা অপোকপিনা লৈবাক্লেমা কৌই। লোয়নবীনা মোইরাংথেম চনু লৈবাকলোকপি কৌই। ১৯৬৬ ক্লাস তেন পাস তৌরগা লৈবাকলোকপিগা লুহোংখি। লোয়নবীগী ইমূং মনূং নূপি মথন্ত পোকপনিনা মকৃমনেমগী য়ূমদা মপা মমা শক্লা লৈমিন্নখি। ১৯৭০-৭১ দা শ্রী লম্বোন বি এস সি পাস তৌখি। মহাক হৌজিক মেদিকেল দিপার্টমেন্ট থৌবালদা হেল্থ ইজুকেসন ওইফিসর ওইদুনা লৈরি। লম্বোন তেছাদা লৈরিবা মীওইসিং এম এ. বী এ কয়া লৈখ্রবসু বি এস সি পাস তৌখিবদদি মহাক্লা অহানবনি।

## ১২. নাউরেম কুমারজিৎ সিংহ
(অহানবা বি কোম)



শ্রী নাউরেম কুমারজিৎ খাঙেনবম চন্দ্রসিংহগী কুম ১৯৪৭কী জুলাই তাং ৪ থাংজা নুমিৎতা তেছ্বা খোংবান মমাং লৈকাইদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা নাউরেম মিখু অপোকপিগী মিংনা য়াম্বেম চনু বুজারি কৌই। মচিন মনাও নূপা মঙাগী মনূংদা অহুমশুবা অঙাংনি। মমা মপানা পিক্লিঙৈদা অতোম্বা অঙাং ওইরগদ্রা হায়দনা তোম্বা মমিং কৌখি। মীয়াম্না অমসুং লৈকাইনা তোম্বা তোম্বা কৌই।অমুক্কসু বামোন ইমূংগা নক্লনা লৈবা মরম্না ময়াম্না বামোন তোম্বা খঙনৈ। কুমারজিৎ ১৯৬৮ দা ক্লাস তেন পাস তৌরগা খা মনিপুর কলেজদা তম্লকখি। ১৯৭২ দা বি কোম পাস তৌখি। কুমারজিৎ হুৱাইবম চনু কুমারিগা লুহোংলবা মতূংদনা কুমারিনা নর্সকী পোস্তিং য়াইরিপোক্তা ক্বার্টরদা লৈখি। কুমারজিৎ আই এফ সি দিগী থবক তৌদুনা নেংমৈবুং থরান থাবা লৈকাইদা ময়ূম হোংগত্তুনা লৈখ্রে। (তোম্বা) কুমারজিৎ হৌজিক ত্রিপুরাদা থবক তৌদুনা লৈ। শ্রী কুমরাজিৎ সিংহগী মমাংদা বী এ, বী এস সি, এম এ কয়া লৈখ্রবসু বি কোম পাস তৌবদি তেছ্বাগী মনূংদা মহাক্না অহানবনি।

১৩. কুমারি নাউরেম ইবেম্মা দেবী
(তেহ্বাগী অহানবা স্তাফ নর্স)



নাউরেম ইবেম্মা খৃঃ ১৯৫৬ দা তেহ্বা খোংবান ময়াই লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মিংনা নাউরেম বাবু অপোকপিগী মিংনা মোইরাংথেম নিংঙোল মোইরাং দেবী কৌই। মপা মমাগী অহানবা মচা নপীনি। মমা-মপাগী মচানূপী অনিখক্তনি, মচা পিবা য়াওদে। অঙাং ওইরিঙৈদা তেহ্বা খুঞ্জাও ইউ.জে.বী স্কুলদা তমলকলগা লমদিং হায়স্কুলদা ১৯৭৪দা ক্লাস তেন পাস তৌই। ১৯৭৬ তগী ঙসি ফাওবা স্টাফ নর্স ওইনা রিমস হোসপিতালদা থবক তৌদুনা লৈরি। তেহ্বাগী ওইনা স্টাফ নর্স অহানবনি।

১৪. মোইরাংথেম খোমদোন সিংহ
(তেছাগী অহানবা ক্লাস তেনগী ফার্ষ্ট দিভিজন)



মোইরাংথেম খোমদোন সিংহ থিয়াম অঙাংজাওগী কুম খৃঃ ১৯৫০ দা তেছা খুনৌদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা চৈতৈন্য অমসুং অপোকপিগী মিংনা মুক্তারৈ কৌই। মচিন মনাও নুপা তরুক্কী মনূংদা মঙাশুবা অঙাংনি। লমদিং হায়স্কুলদা মহৈ মসিং তম্লকখি। মতম অদুৱাইদা ক্লাস আইট অসিমক মনিপুরগী অপুনবা পরিক্ষা থাবদা মনিপুরগী মনূংদা মেরিৎ লিষ্টতা অমদগী তরাফাওবগী মনুং চনখিবা ছাত্রনি। ১৯৬৯গী ক্লাস তেনগী পরিক্ষাদা ফার্ষ্ট দিভিজন্দা পাস তৌখি। দি এম কলেজদা বি এস সি পাস তৌরগা থাংমৈবন্দা হোংখি। মহাক গুরুকুল হায়স্কুলদা ওজা ওইদুনা লৈ। মহাক থাংমৈবন্দগী কুনজেশ্বোরী লৌদুনা লৈ। অঙাং নূপি ৪ নূপা ২ লৈরে। তেছাগী ছাত্রসিংগী মনুংদা ক্লাস তেনগী পরিক্ষাদা ফার্ষ্ট দিভিজন্দা পাস তৌখিবা মানা অহানবনি।

১৫. শ্রীমতি মোইরাংথেম মেমচা দেবী

(তেন্থাগী অহানবা ভেতিরিনরি ফিল্ড এসিস্তেন্ত) ভি:এফ:এ



মোইরাংথেম মেমচা দেবী ১৯৫১ ইং মেরাগী ৭ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা তেন্থা খোংবান ময়াই লৈকায়দা পোকই। অপোকপগী মিংনা মোইরাংথেম থরোঙৌ অপোকপিগী মিংনা নাউরেম নিংঙোল ইবেতোন কৌই। মমা মপাগী অহানবা ফংজখিবী মচানি। মখাদা মৌপব্রা অনি, মনাও নুপী অমনি। অঙাং ওইরিঙৈদা তেন্থা খুনজাও এল পি স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌরকখি। মথংদা লমদিং হায়স্কুলদা খোঙনা চৎলগা ক্লাস তেন ফাওবা তম্লকখি। ১৯৭৩ দা ক্লাস তেন পাস তৌখি। য়াম্না ওন্না য়ুম পানবগী লম্বীদা খোঙদাখি। ১৯৭৩দা তেন্থা খোংবান্দা লাইশ্রম পঞ্জোমগা য়ুম্বান লম্বীদা খোঙদাখি। ১৯৮৪ দা পি ইউ সি পাস তৌখি। পি ইউ সি থাদ্রিঙৈদা ভেতিরিনরি এফ এ গী ত্রেনিং পোরোমপাত্তা মপূরোইবা পঞ্জোমগা চপ মান্ননা চৎখি। ত্রেনিং পাস তৌরগা এদহোগতা ১৯৮৪ দা চঙবা হৌখি। থবক অসি মেমচা পঞ্জোম অনিমক চপ মান্ননা চঙই, তৌবতবু ১৯৮৫ দা মেমচা দেবীনা রিগুলার পোষ্ট ফংই অদুগা পঞ্জোম্না ১৯৮৬ তা ফংখি। মীগী অনা লায়েংগী তোঙান তোঙানবা লৈনখ্রবসু শা-ষনগী লায়েংনবগী লম অসোমদা য়েংলুবদা মেমচানা তেন্থাদদি অহানবীনি। মহাক্কী মচানুপা অমখক্তনি।

১৬. মোইরাংথেম লৈমহল দেবী

(তেম্থাগী অহানবী নূপি বি এ)



মোইরাংথেম লৈমহল দেবী ওইনাম অমুজাওগী কুম খৃঃ ১৯৫৫গী জুন ২০ নিংথৌকাবা নুমিত্তা তেম্থা খোংবান মনিং লৈকাইদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা মোইরাংথেম তোম্বা অপোকপিগী মিংনা ফানজৌবম চনু থম্বালমচা দেবী কৌই। মমা মপাগী মচানূপি অহলনি। নূপি মরি নূপা অনিনি। অঙাং ওইনা তেম্থা খুনজাও প্রাইমারিদা তম্লগা লমদিং হায়স্কুলদা ১৯৭৩ দা ক্লাস তেন পাস তৌরগা ১৯৭৮-৭৯ দা বি এ পাস তৌখি। মহাক নাউরেম ইঙোবী (দিজেন) তেম্থা খোংবান্দা লুহোংখি। মহাক ব্রাংজিং গার্লস হায়স্কুলদা ওজা ওইদুনা লৈরম্মী। শ্রী লৈমহল দেবী তেম্থাগী নুপিশিংগী মনূংদা ইহান হান্ন বি এ পাস তৌখিবী মীশক্নি।

১৭. নাউরেম শোবিতা দেবী

(তেছ্বাগী নূপি অহানবী এম এ)



নাউরেম শোবিতা দেবী অরান্থম গঙ্গাগী কুম খৃঃ ১৯৬০গী আগষ্টকী তাং ২৮ নোংমাইজিং নুমিৎতা তেছ্বা খুনজাও নাউরেম লৈকাইদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা নাউরেম কুনজবাবু অপোকপিগী মিংনা মাইবম চনু ললিতা দেবী কৌই। লমদিং হায়স্কুলদা ১৯৭৯ দা ক্লাস তেন পাস তৌখি। মথংদা ৱাই কে কলেজদা ১৯৮৩ বি এ ওনর্স পাস তৌখি। মথংদা মনিপুর ইউনিভর্সিতিদা ১৯৮৮ দা এম এ (মনিপুরি) পাস তৌই। মহাক তেছ্বা প্রাইমারি স্কুল তেছ্বা হৈবুংদা হেদ পন্দিৎ ওইনা পুরি। শোবিতা থিয়াম গম্ভির সিংহ চরাংপাৎতা য়ুম পাল্লুবনি লাইবক থিবদগী মপুরোইবা নৌনা কায়নখি। মচা মশু য়াওদবনা পোক্লফম লমদম ময়ুমদা হল্লক্লুনা লৈ। মহাক লৈকাইগী থবক ইনখাংদা চাওখৎ খোঙথাং নূপি মরুপকী সেক্রেতরী ওইনা পুরম্মী। হৌজিক হৌজিক তেছ্বা ইকোপ নিংথৌ চাওখৎ খোঙথাং নূপি লূপকী সেক্রেতরী ওইনা থবক পুরি। মহাক তেছ্বাগী নূপিসিংগী মনূংদা এম এ পাস তৌবী অহানবনি।

১৮. মোইরাংথেম গম্ভিনি দেবী
(তেম্বাগী অহানবা এম বি বি এস)



মোইরাংথেম গম্ভিনি দেবী পাওম্বম্ তমফাজাওগী কুম খৃঃ ১৯৫৯ গী শজিবু, লৈবাকপোকপা নুমিৎতা তেম্বা খুনৌদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা মোইরাংথেম য়াইমা অপোকপিগী মিংনা তেকচম চনু ইশৈহনবী কৌই। অঙাং ওইরিঙৈদা তেম্বা হায়স্কুলদা তম্লগা ১৯৭৬ তা ক্লাস তেন পাস তৌরগা ইম্ফাল কলেজদা পি ইউ সি পাস তৌরগা ১৯৮০-৮১ দা এম বি বি এস কী সেলেক্সন ফংখি। ১৯৮৮ দা এম বি বি এস পাস তৌখি। গম্ভিনি চিংথাম খুন্দা সাপম তোম্বদা ১৯৯২ ইংন্দা লুহোংখি। মহাক হৌজিক খোংজোম প্রাইমারি হেল্থ সেন্তরদা 'মেদিকেল ওফিসর ইন চার্জ' ওইনা থবক পুরি। মহাকী অঙাং অনি নূপি অমা নূপা অমা পোকই। মহাক তেম্বাদা পোকখিবা নূপি অমসুং নূপাগী এম বি বি এস অহানবনি।

## ১৯. জমুনা লাইরেঞ্জম
(নূপিগী কবি অহানবা)



জমুনা লাইরেঞ্জম হৌজিক্কা নাউরেম ওংবী জমুনা দেবী পাঙম্বম তমফাজাওগী কুম খৃঃ ১৯৬০গী ফেব্রুৱারী তাং ২৯ নিংথৌকাবা নুমিৎতা কাছার জিলাগী সোনাই চান্দপুর লাইরেঞ্জম লৈকাইদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা লাইরেঞ্জম মদন মোহোন সিংহ অপোকপিগী মিংনা লৈমা চাউবী কৌই। অঙাং ওইরিঙৈদা চান্দপুর কমলেশ্বোরি হায় ইংলিস স্কুলদা লাইরিক তমদুনা ১৯৭৬ তা গৌহাতি ইউনিভর্সিতিগী মখাদা ঐচ এস এল সি পাস তৌখি। মথংদা জন্তা কলেজ কাবুগঞ্জ কছারদা ১৯৮০ দা বি এ পাস তৌরকখি। জমুনা লাইরেঞ্জম তেম্বা খুঞ্জাও নাউরেম লৈকাইদা নিংথৌ নাউরিয়াদা য়ুমবাল্লকখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী ইবা পাবা হৈনরকখিবী নূপিমচানি অদুনা মরম ওইদুনা ১৯৯৯গী দিসেম্বরদা 'নঙনা চৎখ্রবা তুংদা' কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা পুথোকখি। মথং ২০০১ দা অমুক্তসু 'গঙ্গাগী ঈচেল' কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা পুথোকখ্রে। জমুনা লাইরেঞ্জম তেম্বাদা পোক্রবসু তেম্বাদা লৈবী অইবী নূপিসিংগী অইবী অহানবনি।

## ২০. শোইবম ইনাওবী সিংহ

(তেম্বাগী অ[illegible] এম এস সি)



শ্রী শোইবম ইনাওবী সিংহ থোংঙাম ঙাংবগী কুম খৃঃ ১৯৫৬ তা তেম্বা খুনৌদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা শোইবম নিলমনি সিংহ অপোকপিগী মিংনা অমুতোম্বী দেবী কৌই। তেম্বা হায়স্কুলদা তম্লগা খৃঃ ১৯৭৬ তা ক্লাস তেন পাস তৌরগা ১৯৮৫ দা মনিপুর ইউনিভর্সিতিদা এম এস সি পাস তৌখি। শ্রী ইনাওবী তমেংলোং হায়র সেকেন্দরীদা ওজা ওইদুনা লৈবম্মী। হৌজিক্তি জোনোস্টোন হায়র সেকেন্দরী স্কুলদা ওজা ওইরি। মহাক নোংমৈবুংদগী রিতা দেবীগা লুহোংলবা মতূংদা নোংমৈবুং থৱান থাবা লৈকাইদা হোংগত্তুনা লৈখ্রে। ইনাওবী তেম্বা মচা অমা ওইনা তেম্বাদা পোকপা মীওইশিংগী মনূংদা এম এস সি পাস তৌবদি মহাক্না অহানবনি।

## ২১. মোইরাংথেম মেধা সিংহ
## (তেম্বাগী অহানবা রেদিওগী ঈশৈ ইবা)



মোইরাংথেম মেধা সিংহ ককচিং লৈরেনগী কুম খৃঃ ১৯৫২ দা তেম্বা খোংবান ময়াই লৈকাইদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা মোইরাংথেম নিংথৌ সিংহ অপোকপিগী মিংনা নাউরেম চনু মেম্মা কৌই। মচিন মনাও নূপা মরিগী অহলনি।১৯৭০ দা ক্লাস তেন পাস তৌরগা দি এম কলেজদা তম্লকখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী লৈকাইগী অঙাংসিংগী লিলা য়াওদুনা ঈশৈ কয়া শক্লকখি। ইহৌ খোঞ্জেল আর্টিস এসোসিয়েসন লিংখত্তুনা ঈশৈ কয়া শক্লকখি। কলেজ তম্লিঙৈদা এ আই আর ইম্ফালগী ঈশৈগী শৈরেংবা এপ্রুভ তৌবীদুনা এ আই আর না ঈশৈ কয়া শন্দোকখি। শ্রী মেধা মশামক শৈরেংবদা নত্তুনা শৈশকপা অমসু ওই, মশামক কলকতা চত্তুনা ঈশৈগী রেকোর্দ নমখি। মাগী মশানা শকচবা ঈশৈ খরগী মমিং পনজরবদা 'ঐগী ইমাদি ভিখ্যা নিবিনি / ঐগী ইপাদি খোংদাই শেৎপনি' অমসুং 'মীগী মশিংনা জ্ব জ্ব হেনগৎলক্লে / লৈনবা লম্বা অসুম অসুম পিকসিল্লক্লে' পনবা য়াই। শ্রী মেধা নাউরেম চনু তাম্না দেবীগ লুহোংলবা মতূংদা সরকারগী মেদিকেল দিপার্টমেন্টকী ফেমিলি ৱেলফিয়ারদা থবক তৌদূনা লম্ফেল সনা কৈথলদা হোংগত্তুনা লৈখ্রে। মচানূপা অনি পোকই। তেম্বাগী অহানবা রেডিওগী ঈশৈ ইবা অমা হায়রগদি মোইরাংথেম মেধানি।

## ২২. মোইরাংথেম প্রিয়ব্রত সিংহ
(তেম্বাগী অহানবা এ আই আরগী দ্রামাগী এপ্রুভ রাইতর)



ডাঃ মোরইরাংথেম প্রিয়ব্রত সিংহ ১৯৫৬ তা তেম্বা খোংবান্দা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা কালঞ্জুর অপোকপিনা মাইবম চনু ইবেমচৌবী দেবী কৌই। মপা মমাগী মঙাশুবা মচানি। তেম্বা খুনজাও প্রাইমারি স্কুল অমসুং লমদিং হায়স্কুলদা তম্লক্লুনা ১৯৭৪ দা ক্লাস তেন পাস তৌরগা ৱাই কে কলেজদা তম্লগা অমুকসু দি এম কলেজদা ১৯৭৮ দা বি এ পাস তৌরগা ১৯৮০ দা এম এ পাস তৌখি। অঙাং ওইরিঙৈদগী অঙাংগী লিলা য়াওরকখি। ১৯৮৪গী জানুৱারী তাং ১ নোংমাইজিং নুমিৎতা মাগী অহানবা দ্রামা এ আই আরনা এপ্রুভ তৌবীদুনা 'পুন্সিনা পুন্সিগীদমক' থাদোরকখি। অদুদগী মথং মথং লিলা কয়া ইরিকখি। রেদিওগী সেরিএল কয়া শান্নরকখি। অসিদসু নত্তনা মাগী দ্রামা কয়া ষ্টেজদা পুথোক্লুনা লাংমৈদোং, কৈরক অমসুং তেম্বানা কয়া অমসু শান্নখি। তেম্বাগী দ্রামা কাংবুদা মশামক আর্টিষ্ট ওইনা দ্রামা কয়া কুমখি। শ্রী সিংহ ফাগি ওইবা দ্রামা 'কুম কাং কুম কবি চং' ইবগীদমক বেষ্ট কোমেদিয়ন রাইটর ২০০০ দা পিখ্রে। মহাক দ্রামা, শৈরেং, ৱারীমচা ইবদা নত্তনা নৈন-ৱারেংসু ইখ্রে। সাহিত্য নৈনবগী লমদা সাহিত্য সংস্থান অয়াম্বনা মাবু নৈনবদা শরুক য়াহল্লি। সাহিত্য সংস্থান অয়াম্বনা মাবু মশক খঙদবা লৈতে। ডাঃ মোরইরাংথেম প্রিয়ব্রত সিংহ তখেলচংবম নিংঙোল চন্দ্রজিনিগা লৈমিন্নদুনা মচা মরি লৈরে। নূপি অনি নূপা অনিনি। মহাক থৌবাল কলেজদা ইংলিস দিপার্টমেন্টকী লেকচরর ওইনা লৈরম্মী। হৌজিক্তি দি এম কলেজদা পুরে। তেম্বাগী মীওই কয়া অমা এ আই আর গী এপ্রুভ রাইতর ওইরে। অদুম ওইনমক তেম্বাগী এ.আই.আরগী এপ্রুভ রাইতরদি ডাঃ প্রিয়ব্রতনা অহানবনি।

## ২৩. শ্রী মোইরাংথেম মনিচান্দ সিংহ্
## (তেন্তাদ অহানবা সিনেমা প্রদুসর)



শ্রী মোইরাংথেম মনিচান্দ সিংহ্ ইং ১৯৬৭ মে ১৫ লৈবাকপোকপা নুমিৎতা তেন্থা খোংবান্দা পোকই। মহাক মমা মপাগী মরিশুবা অঙাংনি। মথক্তা ময়ামবা অহুম, মখাদা মচন্নূপি অমা লৈ। অপোকপিনা শাপম চনু নুংশি দেবী কৌই। মহাক তেন্থা খুনজাও এল পি স্কুলদা ক্লাস টু ফাওবা তমলম্লগ ক্লাস থ্রিদগী তেন্থা হায়স্কুল, তেন্থা খুনৌদা ক্লাস নাইন ফাওবা তমলকখি। মথং ক্লাস তেনদি লমদিং হায়স্কুলদা তমলগা ১৯৮৫ হায়স্কুল লিভিং সার্তিফিকেৎ একজামিনেসন পাস তৌখি। ১৯৮৭তা মনিপুর কোলেজদা পি: ইউ: সি: পাস তৌরবা মতূংদা তি দি সি ওরিনতেল কোলেজদা ১৯৮৯ পাস তৌরকখি। ১৯৯০ ইংদা লমফেল পাত্তা ফিসরিজ ট্রেনিং পাস তৌরকখি। মতম খরা পোত্থারবা মতূংদা ১৯৯৭ ইংদা ফিস ফার্মগী ফার্ম মেনেজর ওইনা থবক তৌরকই।

শ্রী মনিচান্দ ২০০২ দা খ্বাইরকপম বীরনা ইবা 'ময়া' ফিলমদুগী লোক্তাক আর্ট কৌরগা ফিলম প্রদুসর ওইদুনা মথং মথং পুথোরকখি। লোক্তাক আর্টস অসিমক্কী অইবা খ্বাই বীরনা ২০০৩দা 'অথেংবদসু থাবল' অমসুং ২০০৫দা 'খুজি' ফিলম পুথোকখি। ফিলম প্রদুসর এম: এম: চান্দ কৌই। শ্রী মনিচান্দ সিংহ্ অসি তেন্থা মচা অমা ওইনা ফিলম প্রদুসর ওইবা অহানবা মীওইনি।

## ২৪. শনসম শুবদনি দেবী

### (নুপি মচাগী গ্রুপ্ত এমএদা গোল্দ মেদল ফংলকপী অহানবা)



কুমারি শনসম শুবদনি দেবী ইং ১৯৭৬কী এপ্রিল তাং ৩ নিংথৌকাবা নুমিৎতা তেম্বা খুনজাওদা পোকই। অপোকপগী মিংনা শনসম লৈরেনজাও সিংহ্ অমসুং অপোকপিগী মিংনা মোইরাংথেম চনু নেতা দেবী কৌই। শুবদনি মমা মপাগী ৬শুবী অঙাংনি। মথক্তা মচে মরি মবুং অমা অমসুং মখাদা মৌপন্না অমা লৈ। অঙাং ওইরিঙৈদা তেম্বা খুনজাও প্রাইমরি স্কুলদা ক্লাস "এ"দগী ফাইফ ফাওবা তমলকই । ক্লাস ফাইফ পাস তৌরগা তেম্বা হায়স্কুলদা ক্লাস সিক্স ১৯৯১ তম্বা হৌরকই। মতম অদুদা নোবোদ্যা বীদ্যালয়গী পরিক্ষা থাবদা পাস তৌরক্তুনা ১৯৯১দগী ১৯৯৮গী তুব্রেলবগী পরিক্ষাদা ফার্স্ট দিভিজন্দা পাস তৌরকই। মতম অদুদা ৬৫%দা পাস তৌজরবসু মনিপুরগী ছাত্রসিংগী আর্টসকী ওইনা মকোক থোংদুনা লাকখি। ১৯৯৮দগী ২০০২ ফাওবা দি এম কলেজ আর্টসতা তমলকখি। মদুদা মনিপুরগী ওইনা ৪শুবা পোজিসন তাখি। মার্ক য়াম্না ৱাংবদি ওইখিদে ৬২.৮%। অদুদগী ২০০৩ দগী ২০০৫ ফাওবদা দাঃ বিঃ আর অমবেদকর ইউনিভরসিতি, আগ্রা, উত্তর প্রদেস্তা এম এ হিন্দি তমলকখি। শুবদনি হিন্দি দিপার্টমেন্ট ওইনা ৬৩% ফংদুনা ইউনিভরসিতি অসিগী তোপর ওইরকখি। ২০০৫ দগী ২০০৬ ফাওবা তেল্লবা মতম খরা বি: এদ ত্রেনিংদসু ৬৩% ফংদুনা পাস তৌরকখি। য়ুমদা হল্লক্লগা সরকারগী থবক ফংদবনা প্রাইভেৎ স্কুল ইলাইত ইদুকেসন সেন্তর তেম্বাদা মতম খরা ওজা ওইরম্মী। হৌজিক অমুক কংলা পাইওনরস স্কুলদা ওজা ওইরি। নূপিশিংগী মরক্তা এম এদা গোল্দ মেদল ফংলকখিবী শুবদনিনা তেম্বাদদি অহানবনি। হৌজিক ফাওবা কুমারি ওইরি।

## ২৫. লাইমুজম গম্ভির সিংহ

### (অহানবা তেম্বাগী এল. এল. বী)



**লাইমুজম গম্ভির** সিংহ থোংঙাম ঙাংবগী কুম খৃঃ ১৯৫৬ কী জুলাই তাং ২৪ নিংথৌকাবা নুমিত্তা তোম্বা খোংবান্ মনিং লৈকাযদা পোকই। অপোকপগী মিংনা লাইমুজম বাবু সিংহ্ অপোকপিনা নাউরেম চনু লৈবেনজাওবী দেবী কৌই। মমা মপাগী অমত্তা ঙাযববা মচানি। মহাক্না চহি ৭ / ৮ শুরকপদা মখোয় তেম্বা খুনজাওদা হোংলকখি। গম্ভির সিংহ্ ১৯৭৫ দা ক্লাস তেন পাস তৌবগা ১৯৭৯দা বি এ পাস তৌখি। মথংদা ১৯৮৫গী সেপ্তেম্বর্দা এল এল বি পাস তৌই। মহাক ১৯৮০ দগী ৮৩ ফাওবা তেম্বা হাযস্কুলদা ওজা ওইনা পুরম্মী। মহাক্না এল এল বি তম্লিঙৈদা 'চায়নবা' কৌবা উপন্যাস অমসু ফোংলমই। এল এল বি পাস তৌরবা মতূংদা টি ঐচ প্রিযানন্দগী মখাদা উকিল প্রেক্টিস্ তৌরকখি। মহাক হৌজিক লম্বার কোর্টকী উকিল ওইদুনা লৈবি। গম্ভির ১৯৭৫ দা খাঙেনবম চনু তোম্বীগা লুহোংদুনা, মচানূপা অনি, নূপি অহুম লৈ। তেম্বাগী মীওইসিংগী মনূংদা এল এল বি পাস তৌবা মহাক্না অহানবনি।

## ২৬. মোইরাংথেম রামেশ্বোর সিংহ্
(তেহ্বাগী অহানবা এম দি)



মোইরাংথেম রামেশ্বোর সিংহ্ লোইতোংবম চাউবগী কুম খৃঃ ১৯৬৭ কী এপ্রিল তাং ২০ থাংজা নুমিৎতা তেহ্বা খোংবান্দা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা মোইরাংথেম বলরাম সিংহ্ অপোকপিগী মিংনা তেকচম চনু সনাতোম্বী কৌই। মপা মমাগী মচানূপা অহলনি। শ্রী রামেশ্বোর ১৯৮৪গী ক্লাস তেনগী পরিক্ষাদা ফার্ষ্ট দিভিজনদা নত্তনা মেরিত লিস্ততা অমদগী তরা ফাওবগী মনুং চনবা ছাত্রনি। ১৯৮৬ তা পি ইউ সি পাস তৌরগা এম বি বি এস তমখি। ১৯৯১ দা এম বি বি এস পাস তৌরগা মখা অমুক তমথদুনা ১৯৯৯ দা এম দি পাস তৌখি। মহাক হৌজিক রিমসতা গাইনি ব্রার্দতা এসিস্তেন প্রোফেসর ওইনা থবক পুরি। তেহ্বাদা পাকখিবা মীশিংগী মনূংদা এম দি পাস তৌবা অহানবা মীশক্নি।

২৭. মোইরাংথেম মুহিন্দ্রো সিংহ

(অহানবা গোল্ড মেদালিস্তকী ছাত্র)



মোইরাংথেম মুহিন্দ্রো সিংহ তেন্সুবম তর্পোনগী কুম খৃঃ ১৯৬৯ গী সেপ্তেম্বর তাং ১২ দা তেছুা খাংবান্দা পোকই। অপোকপগী মমিংনা মোইরাংথেম ইঙোচা, অপোকপিগী মিংনা নাউরেম চনু মেমচা কৌই। অঙাং ওইনা পছৌ কায়নখি। অঙাং ওইরিঙেদা তেছুা হায়স্কুলদা তম্লকুনা ১৯৮৬ তা ক্লাস তেন থার্দ দিভিজন ৪৪% পাস তৌরকখি। থৌবাল কলেজদা ১৯৮৮ পি ইউ সি সেকেন্দ দিভিজন ৫১%দা পাস তৌখি। ১৯৯১ দা বি এস সিদা ফর্স্ত ক্লাস ৬১% দা পাস তৌরকখি। ১৯৯৪ দা মনিপুর ইউনিভীর্সিতিদা এম এস সি কেমিস্ত্রিদা সবজেক্ত অসিগী অমসুং সাইন্স, আর্টস পুম্নমক্কী মকোক ওইদুনা গোল্ড মেদল ফংলকখি। মহাক্কী পি সি ৮০.৫% নি। য়াম্না লায়রবা ইমৃংদা হৌরকপা, ১৯৮৮ অপোকপা লৈখিদবগা ইংখোল চাউনা লৈজদবগা ব্রাংজিং তুরেন মপান্দা লৈবগা ব্রাংজ্রিং রিভর প্রোজেক্ত লাকপদা লৈনবা য়ূম শোকখিবনা ১৯৯৩ ব্রাংজিং মমা পোক্লফম, মাগী মাম্মগী মনাক্তা হোংগৎখি। খৃঃ ২০০০গী ফেব্রুব্রারি তাং ৯ দা মাইবম চনু ইন্দিরাগা লুহোংদুনা মচানূপি অনি ফংজরে। মহাক তমেংলোং হায়র সেকেন্দরিদা ওজা ওইনা পুরম্মী। হৌজিক চাওয়াইমা হায়র সেকেন্দরীদা পুরি। শ্রী মুহিন্দ্রো অঙাং ওইরিঙেদা য়াম্না অফবা ওইদ্রগসৃ মশানা হোৎনজবনা লমজিংবা গাইদ য়াওদ্রবসু অসুম অসুম ফগৎলকপা মীওই অমনি। তেছুাদা পোকখিবা মীওইসিংগী মনূংদা মহে মসিংদা গোল্ড মেদল ফংবা মহাক্ল অহানবনি।

২৮. নাউরম বিরেন্দ্র সিংহ

( তেম্বাগী অহানবা এম কোম)



নাউরেম বিরেন্দ্র সিংহ নিংথৌজম জিবনগী কুম খৃঃ ১৯৭০গী সপ্তেম্বর তাং ৮ লৈবাকপোকপা নুমিৎতা তেম্বা খুনজাওদা পোকখি। অপোকপগী মমিং নাউরেম কৃপা সিংহ অপোকপিনা মোইরাংথেম চনু তোম্বী দেবী কৌই। অঙাং ওইরিদৌ তেম্বা খুনজাও প্রাইমারি স্কুলদা তম্লগা তেম্বা হায়স্কুলদা তমদুনা ১৯৮৬ তা ক্লাস তেন পাস তৌখি। মথংদা ১৯৮৮ দা খা মনিপুর কলেজদা পি ইউ সি পাস তৌখি। ১৯৯০-৯১ দা দি এম কলেজদা বি কোম পাস তৌই। ১৯৯৪-৯৫ দা মনিপুর ইউনিভর্সিতিদা এম কোম পাস তৌখি। শ্রী বিরেন্দ্র দি এম কলেজ অমসুং মনিপুর ইউনিভর্সিতিদা তম্লিদৌ ইম্ফালদা ছাত্র ওইনা ওইনা মোইবুং খোংদুনা পৈশা তানজরগা মহৈ তমজরকখিবা অনম কনবা অঙাংনি। বীরেন্দ্র মোইরাংথেম চনু প্রেমেশ্বোরীগা য়ুম্বানবগী লমদা খোঙদামিন্নরি। অঙাং অনি ফংলে। মহাক পার্ট তাইম লেকচরর ওইনা মোর্দন কলেজদা ১৯৯৮দগী ২০০৭ ফাওবা পুরম্মী। হৌজিক দি এম কলেজদা পুরি। মহাক তেম্বাগী এম এ, বি এ, এম এস সি কয়া অমা লৈখ্রবসু এম কোম পাস তৌবদি মহাক্লা অহানবনি।



## ২৯. মাইবম শুনিবালা

### (সান্নবদা সনাগী তকমান ফংখিবা অহানবা)



মাইবম শুনিবালা ওইনাম ইবোহলগী কুম খৃঃ ১৯৮৪গী নবেম্বর তাং ৩০ পোইনুগী ৮ নি পানবা ইরাই নুমিৎতা তেহ্লা খুনজাও মাইবম লৈকাইদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা মাইবম লুখোই অপোকপিগী মিংনা মোইরাংথেম চনু চাওতোম্বী দেবীনি। মমা মপাগী মঙাশুবী অঙাংনি। অঙাং ওইনা তেহ্লা খুনজাও প্রাইমারিদা ক্লাস ফাইব ফাওবা তম্লগা, শান্ননিংবগী মাখলনা অহীং হৌরগা সাইকলনা অমুক চৎ হন্না গারীদা অমুক চৎ ইম্ফাল তান্না শান্নবা তম্বা চৎলি। অদুদগী মাগী অনিংবা থুংনবা ইম্ফালদা থম্লগা লাইরিকসু তম্বা শান্নবসু তম্বা ওইনা কা ভারা ব্রায়রগা থম্লকখি। অনন্দ সিংহ্ একাদমীদা তম্লকই। শুনিনা পামজনা তমখিবদি অরুম্বা থাঙ্গৎপনি। তম্লিঙৈ মরক অসিদা ভারৎকী তগ ওফ ব্রারগী কম্পিতিসন্দা মনিপুরগী শান্নরোই খনবদা মহাকসু য়াওরকখি। ১৯৯৯দা ওরিশাদা পাঙথোকপদা ফাইনেলদা পঞ্জাবপু মনিপুরনা মায়থিবা পীদুনা সনাগী তকমান ফংলকখি। অদুগী তুংদা ২০০০দা দিল্লিদা মশান্না অসিদা পঞ্জাবপু মায়থিবা পীদুনা সনাগী তকমান ফংলকখি। মাইবম শুনিবালা

মশাগী অন্নম্বা কে জি ৪৮দগী ৫৩ ফাওবগী সব-জুনিয়র গ্রুপ্তা য়াওজখি। মনিপুরগী ওইনা ২০০০দা ৪ শুবা সব-জুনিয়রগী থাক্তা ব্রোঞ্জ অমা ফংবা হৌখি। ২০০২ ওক্তোবরদা ৬শুবা চেম্পিয়নসিপ্তা গোল্দ ফংখি। ৭শুবা নভেম্বর ২০০৩দসু গোল্দ ফংখি। ৯শুবা ষ্টেট লেবেল ২০০৪গী দিসেম্বরদসু গোল্দ ফংখি। অসিদসু নত্তনা ইষ্টর্ন ইন্দিয়া ব্রেৎ লিফ্তিং চেম্পিয়নসিপ্তসু ১৬শুবা ব্রুমেন ২০০৫গী সিসেম্বর ইম্ফালদসু গোল্দ ফংখি। ১৭শুবা ব্রুমেন ২০০৬কী সেপ্তেম্বরদা গৌহাতিদসু সিলভর ফংখি। অহানবা নোর্থ ইষ্ট ব্রেৎ লিফতিং চেম্পিয়নসিপ্ত ২০০৫ দা ইম্ফালদসু গোল্দ ফংখি। ৩৪শুবা আসাম ষ্টেট ২০০৬ তা দিব্রুগরদসু গোল্দ ফংখি। ভারৎকী ওইনা অহানবা সব-জুনিয়র ব্রেৎ লিফতিং চেম্পিয়নসিপ্ত ২০০৩ দা কেরেলাদা সিলভর অমা ফংখি। মথংদা ৩শুবা সব-জুনিয়র ভিলাইদা ২০০৫ গী ওক্তোবর ২১দা গোল্দ ফংদুনা হান্নগী রেকোর্দ থুগাইদুনা অনৌবা রেকোর্দ থম্বা ঙমখি। মফম অদুমক্তদা জুনিয়রগীসু তাং ২৪ দা সিলভর মেদল ফংখি। ৩৩শুবা নেসনেল গেমস ২০০৭ দা গৌহাতিদা অহুমশুবা মনা ফংখি। ১৯শুবা জুনিয়র নেসনেল ২০০৭ চেন্নাইদসু ২শুবা মনা ফংখি। ইন্টর্নেসনেলগী থাক্তা ১২শুবা এসিয়ন জুনিয়র ব্রেৎ লিফতিং চেম্পিয়নসিপ্ত জোর্দানগী 'আমান্দা' ২০০৭কী ওক্তোবরদা অনিশুবা মনা ফংখি। মসিগী মমাঙদা থাইলেন্দা চৎলমদাইদদি ভারৎকী ওইনা শান্নবা থিংখিবদগী শান্নবা চৎখিদ্রে। মহাক হৌজিক আসাম ষ্টেটকী শান্নরোই ওইরি। শুনিবালা শান্নরোই অমা ওইনা সনাগী তকমান ঙক্তা য়ানখিবদি তেম্বাদদি অহানবীনি।

৩০. মাইবম মঙলেম সিংহ

(তেহ্বাগী অহানবা এ আই)



শ্রী মাইবম মঙলেম সিংহ অরান্থম গঙ্গাগী কুম খৃঃ ১৯৬০গী মে থাগী তাং ২৪ য়ুমশকৈশ নুমিৎতা তেহ্বা খুনজাও মাইবম লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মমিংনা মাইবম তোনু সিংহ অপোকপিনা মোইরাংথেম চনু কুঞ্জমালা দেবী কৌই। মচিন মনাও অহুমগী মনূংদা মহাক্লা অহলনি। মঙলেম অঙাং ওইরিঙৈ তেহ্বা খুনজাও ইউ জে বী স্কুলদগী হৌরকই। ক্লাস ফাইভ পাস তৌরগা ক্লাস সিক্সতগী য়াংজিং সেকেন্দরী স্কুলদা ১৯৮০ দা ক্লাস তেন পাস তৌই। মথংদা খা মনিপুর কলেজদা ১৯৮২ দা পি ইউ সি পাস তৌরগা দি এম কলেজদা মতম খরা তন্নম্নগা অমুক হন্না খা মনিপুর কলেজদা ১৯৮৫ দা বি এস সি পাস তৌই। ১৯৮৫গী ওক্তোবর থাদা কোঙ্গম চনু তমসিনি লুহোংদুনা লৌই। মতম খরদি থবক তৌফম লৈতদুনা দুকান ফমদুনা খরা লৈরম্মী। ১৯৮৮দগী উখ্রুলগী কে কে লুসিফনেৎতা এদহোগ ওজা ওইনা পুরকই। মথঙগী চহি ১৯৮৯দা তোরা চাম্ফুং জুনিয়র হায়স্কুলদা ওজা ওইরকই। ১৯৯২ দা উখ্রুলগী জসামি হায়স্কুলদা ওজা অমুক ওইরম্মী। ১৯৯৫গী এপ্রিল থাদা উখ্রুলদগী এ আই ওইনা পোস্টিং লাকই। মঙলেম থবক তৌদ্রিঙৈদগী অঙাংসিং তিউসন তৌবিদুনা তেহ্বা খুনজাওগী ছাত্র খরা সৈনিক স্কুলদা ছাত্র ৫ / ৬ থাজিল্লম্মী। তেহ্বা মখা লৈকাই য়ুথ দিভলপমেন্ট ওর্গনাইজেসনগী ফাউন্দর প্রসিদেন্টনি। ১৯৮৫ ইংদা তেহ্বা আইদিয়েল য়ুথ ক্লবকী লাইব্রেরি সেক্রেতরী ওইরকই। অদুগী মতুংদা এ আই অমা ওইনা ওক্সফোর্দ ইংলিস স্কুল অসি ক্লাস (VIII) আইত ফাওবা রিকগনাইজ তৌরম্মী। ঙসিদি তেহ্বাদা এ আই অহুম শুরে, অদুবু মাইবম মঙলেম তেহ্বাগী এ আই সিংগী মরক্তা অহানবনি।

৩১. মোইরাংথেম মেরি দেবী

(ইন্টরনেসনেলগী থাক্তা সনাগী তকমান ফংলবী)



মোইরাংথেম মেরি ওইনাম ইবোহলগী কুম ১৯৮৪গী মে থাগী তাং ২৮ ইরাই নুমিৎতা তেঙ্বা খোংবান মমাং লৈকাইদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা মোইরাংথেম বীরচন্দ্র সিংহ অপোকপিনা এলাংবম চনু ইবেম্মা কৌই। তেঙ্বা হায়ফুলবা তন্নকই। অঙাং ওইনা সেপাক তাক্রৌ তেঙ্বাদা ইবোচৌ শর্মানা লমজিংদুনা শান্নবা হৌদোকখি। অদুগী মতুংদা সাইদা চঙখি। মশান্না অসিদা ২০০০গী ফেব্রুবারী তাং ৩দগী ৫ ফাওবা তালকতোরা ইন্দোর স্টেদিয়মদা অমসুং ২০০০গী সেপ্তেম্বর তাং ৯দগী ২৫ ফাওবা নাগপুর অমসুং ২০০০গী ওক্তোবর তাং ১৯দগী ২৫ ফাওবা উজ্জনি কাসব সাগর স্টদিয়মদা সনাগী তকমান ফংলকখি। ভারৎ মনুংগী জাতিগী থাক নত্তনা অন্টরজাতিগী থাক্তা ২০০২গী এপ্রিল ৮দগী ১২ ফাওবা থাইলন্দগী এম সি সি হোলদা ১৭ শুবা থাই কিংস কপ ৱার্লদ সেপাক তাক্রৌদা ভারতনা লাউসপু মায়থিবা পীদুনা সনাগী তকমান পুরকখিবনি। অন্ধ্রপ্রদেসকী ৩২ শুবা নেসনেল গেমসতসু সনাগী তকমান পুরকখিবী মেরিনি। ২০০৬ এসিয়ান গেমস দুহাদসু পার্তিসিপেৎ তৌই। ৩৩শুবা নেসনেল গেমস ২০০৭তসু গোল্দ অনি ফংই। ২০০৮ দা হিয়াংলমদা য়ুম পানখ্রে। জাতিগী থাক্তা সনাগী তকমান হান্না ফংবা ওইদ্রবসু অন্তরজাতিগী থাক্তা সনাগী তকমান ফংবী অহানবনি।

৩২. নাউরেম জুগিন্দ্রো সিংহ

**থিকাদার অহানবা**



শ্রী নাউরেম জুগিন্দ্রো সিংহ নামোইজম হরিমুহোনগী কুম ১৯৬৩গী এপ্রিল ২১দা সগোলসেন নুমিৎতা তেম্বা খুনজাও নাউরেম লৈকাইদা পোকখি। অপোকপগী মমিং বিমচান্দ সিংহ, অপোকপিগী মিংনা মাইবম চনু অপাবী দেবীনি। মমা মপাগী ইতোন তোনবা অঙাংনি। মচে মরি ময়াম্বা অনিনি। ইং ১৯৮৯ দা ক্লাস তেন পাস তৌরগা মখা তমথখিদ্রে। হৌজিক মতমদা সরকারগী থবক থৌরম ফংনরক্তবগী অৱাবা কয়া অসিনা হিংবদা চঙবদি পৈশানি খন্দুনা থিকাদার ওইনবা মনিপুর স্টেট পি দব্লিউ দিগী চিফ ইঞ্জিনিয়রদা কন্ট্রেক্তর রেজিতর তৌসিনখি। অহানবা ইং ২০০০ দা ফোর ক্লাস কন্ট্রেক্তর ওইনা রেজিস্তর তৌখি। ২০০১ দা সেকেন্দ ক্লাস অমসুং ২০০৩ দা ফার্স্ট ক্লাস কন্ট্রেক্তর ওইনা অপগ্রেদ তৌখ্রে। ঙসি ফাওবদা তেম্বাদা ফাইর্ট ক্লাস কন্ট্রেক্তর ওইবা মানা অহানবনি। মহাক অকোইজম গমভিনিগা য়ূম পানবগী লম্বীদা খোঙদারী। অঙাং ৪ নূপা ৩ নূপি অমগা লৈ।

৩৩. লাইমুজম চন্দ্রকালা দেবী

(তেন্থাগী অহানবা নূপি প্রধান)



লাইমুজম চন্দ্রকালা অসি হান্না লাইমুজম ওইদ্রিঙৈদা লাইরিকয়েংবম চন্দ্রকালা সিংহ্ অপোকপা লাইরিকয়েংবম ব্রজকিশ্বোর সিংহ্, অপোকপিগী মিংনা ইন্দু সিংহ্ কৌই। মহাক নামোইজম হরিমোহোনগী কুম ১৯৬৩গী সেপ্তেম্বর ২৭ তা কাছার শারা লৈকাই, শিলচর জিলাদা পোকখি। অঙাং ওইরিঙৈদা শারা এল পি স্কুলদা ক্লাস ফাইভ ফাওবা তম্লগা ক্লাস সিক্সতগী শিবর হায়স্কুলদা তম্লকখি। স্কুল অসিদগী ১৯৭৯দা ক্লাস তেন পাস তৌরগা চন্দ্রকালা মনিপুরগী তেন্থা কৌবা লমদা লাইমুজম নিংথৌখোম্বদা ১৯৭৯দা লুহোংলকখি। অদুগা ব্রাই কে কলেজ ব্রাংজিংদা পি ইউ সি লোইসিনখি। ১৯৮৬তগী অঙ্গনৱাদি হেলপর / ৱার্কর ওইনা পুরি। মনিপুর পঞ্চায়েৎ রাজ এক্তকী মখাদা প্রধান মীরেপ তেন্থাগী ২০০২ ওইনা নূপিগী মীরেপ ওইখি। মীখল অদুদা মায় পাক্লুনা তেন্থা গ্রাম পঞ্চায়েৎকী প্রধান ওইখি। মমাঙদা নূপিগী রিজার্ব তাখিদবনা নূপি অমফাওবা প্রধান মীরেপ ওইখিদে। ২০০২ নূপিগী রিজার্ব তাবদগী অহানবা নূপি প্রধান ওইরে। লোয়ননা চন্দ্রকালা সিংহ্ তোক্লগা চন্দ্রকালা দেবী ওইরে।

## ৩৪. নাউরেম ইঙোবী সিংহ

(অহানবা এম এস সি (এগ্রি))



নাউরেম ইঙোবী সিংহ ককচিং ৱাইরি য়াইমগী কুম খৃঃ ১৯৫৪গী দিসেম্বর তাং ৬ সগোলসেন নুমিৎতা তেহ্বা খোংবান ময়াই লৈকায়দা পোকখি। অপোকপগী মিংনা নাউরেম একাসি অপোকপিগী মিংনা য়ামবেম চনু সনাতোম্বী দেবী কৌই। মচিন মনাও নূপা মরিগী মনূংদা অতোনবনি। অঙাং ওইরিঙৈদা তেহ্বা খুনজাও ইউ জে বী স্কুলদা তম্লগা লমদিং হায়স্কুলদা ১৯৭২দা ক্লাস তেন পাস ফার্স্ট দিভিজন্দা তৌখি। অদুদগী ১৯৮০ দা বি এস সি (এগ্রি) মেরুৎ য়ুনিভর্সিতিদা সেকেন্দ ক্লাসতা পাস তৌরকখি। ১৯৮৩ দা মনিপুর য়ুনিভর্সিতিদা বি এস সি পাস তৌরকখি। লোয়ননা এল এল বি অনিশুবা চহি লোইসিল্লগা অহুমশুবা থাখিদ্রে। এম এস সি (এগ্রি) ১৯৯৫দা সেন্ত্রেল এগ্রিকলচর য়ুনিভর্সিতিদা ফার্স্ট ক্লাসতা পাস তৌখি। মহাক হৌজিক এগ্রিকলচরদা থবক তৌরি। ইঙোবী মোইরাংথেম লৈমহলগা য়ুম পানবগী লম্বীদা খোঙদামিন্নরি। অঙাং ৪ নূপা ২ নূপি ২নি। ইঙোবী তেহ্বাগী এম এস সি এগ্রি অহানবনি।

৩৫. চৌদুরিময়ুম নরহরি শর্ম্মা
(অহানবা এক্তিভ সর্ভিস)

শ্রী চৌদুরিময়ুম নরহরি শর্ম্মা ওইনাম চাউবগী কুম খৃঃ ১৯৩৯ জানুবারি তাং ৯ য়ুমশকৈশা নুমিৎতা তেম্বা খুনৌদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা চৌদুরিময়ুম লালজি শর্ম্মা, অপোকপিনা তখেলচংবম নিংঙোল রুহিনি দেবী কৌই। অঙাং ওইরিঙৈদা খোংজোম এল পি দা ক্লাস তু ফাওবা তম্লগা তেম্বা হৈবুংদা পুখ্রম্বম মাইপাক্তা সংস্কৃৎ তম্লমই। অকক্লবদি খঙদ্রবসু ১৯৬০গী অদুরাইদা মনিপুর পুলিস ওইনা চংলমই। মতম অদুদা নরহরি শর্ম্মগী মহুত্তা চাউমচা সিংহ হায়না চঙলমই। অদুবু অপোকপা অপোকপিনা পুলিসকী ফিজোল, চাকচা য়ুথক অদু পামজদবদগী থবক্তগী পোথাই। মতম খরা লৈরগা ১৯৭০ গী মতুংদা হোম গার্দ ওইনা অমুক য়াওই। থবক কুইনা চৎপা চৎতবনা তোঙান্না থম্লগা এক্তিভ সর্ভিস, খাগী শেংপগী থবক তেম্বাদদি নরহরিনা অহানবনি।

৩৬. মোইরাংথেম ইবেমহল দেবী
(তেম্বাগী নুপিগী ক্লাস তেন পাস তৌবী অহানবা)

মোইরাংথেম ইবেমহল দেবী ককচিং লৈরেনগী কুম ১৯৫২ দা তেম্বা খুনৌদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা মোইরাংথেম অঙৌবী অপোকপিগী মিংনা মাইবম চনু মাইপাকপি দেবী কৌই। লমদিং হায়স্কুলদা তম্লক্তুনা ১৯৭২ দা ক্লাস তেন পাস তৌরগা থৌবাল ব্রাংমা তাবদা লৌরেম্বম বিসন্তরদা লুহোংখি। মপুরোইবনা সরকারগী থবক তৌবা পামদবদগী করবার তৌবা ওইনা থৌবাল বাজারদা দুকান ফমদুনা মচা মশু শেমলি। মচানূপা অহুম মচানূপি মরি পোকই। ইবেমহল তেম্বাদা পোকপা নূপিশিংগী মরক্তা ক্লাস তেন পাস তৌবী অহানবীনি।

৩৭. মোইরাংথেম চৌরজিৎ
(ব্লেক বেল্ট)

শ্রী মোইরাংথেম চৌরজিৎ খৃঃ কুম ১৯৫৮গী সেপ্তেম্বর তাং ২৭ য়ুমশকৈশ নুমিৎতা তেহ্বা খুনৌদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা অঙৌবী সিংহ্ অমসুং অপোকপিগী মিংনা মাইবম চনু মাইপাকপি দেবী কৌই। অঙাং ওইরিঙৈদা তেহ্বাদা লাইরিক তম্নক্লগা লমদিং হায়স্কুলদা ১৯৭৯ দা ক্লাস তেন পাস তৌখি। মথংদা সাউথ ইস্ট মনিপুর কলেজদা ১৯৮৩-৮৪দা বি এ পাস তৌখি। লোয়ননা মনিপুরী মপান্দা মাদ্রাজ (চেন্নাই) দা ইঞ্জিনিয়রিং তম্বা চৎলি। লোয়ননা শান্ন-খোৎনবা পামজনা হৌরক্পনা ইন্তরনেশ্নেল তাইকুন্দো ফেদরেসন, মার্সেল আর্টসকী মায়কৈদা মলেসিয়াগী মাস্টর 'সাল'গী মখাদা ব্লেক বেল্ট, ফার্স্ট দান(দ্রেগোন হোলদর) ১৯৮২ দা ফংই। শ্রী চৌরজিৎ১৯৮৩ হিন্দুস্টান ইনষ্টিট্যুট ওফ ইঞ্জিনিয়রিং ত্রেনিং মাদ্রাজদা ওতোমোবাইল ইঞ্জিনিয়রিং ফাষ্ট ক্লাসতা পাস তৌখি। মনিপুরদা হল্লক্লগা অঙাংসিংদা মার্সেল আর্টস অসি তম্বীরম্মী। ১৯৮৯ দা থিনুংঙৈদগী ক্ষেত্রিময়ুম সুনলতাগা য়ূম পানবগী লম্বীদা খোঙদারকখি। লোয়ননা মনিপুর সরকারগী দাইরেক্তোরেৎ ওফ ইজুকেসন (এস)কী সুপরিন্তেন্দেন্ত বি তি আই ওইনা থবক পুরকই। গ্রেজুএদ ওজা ওইনা খা ইম্ফালদা পুরম্মী। অসিগা লোয়ননা ১৯৮৯ দা মিজোরামদা ৩ শুবা নোর্থ ইষ্ট রিজনগী মার্সেল আর্টস (ফেস্তিবেল ওফ ইন্দিজিনস এন্দ মার্সেল আর্টস) গোল্ড মেদল ফংলকখি। ১৯৮৯ গী অহানবা ষ্টেট গেমস ওরগনাইজেসনগী, মনিপুর ওলেমপিক এসোঃগী সেক্রেতরী ওইনা পুরম্মী। মঙাশুবা নেসনেল গেম্স মনিপুর ওলেমপিক এসোঃগী জোইন্ত সেক্রেতরী ওইনা পুরম্মী। ২০০৪দগী ২০০৮ ফাওবগী মনিপুর ওলেমপিক এসোঃগী ইকজিক্যুতিব মেম্বর ওইরকই। ফিজিকেল অমসুং স্পোর্টকী জোইন্ত দিরেক্তরসু ওইরকই। মহাক হৌজিক পাইওনর একাদমি হায়র সেকেন্দরী স্কুল অমা ওর্গনাইজ তৌদুনা লৈ।

৩৮. থোকচোম পিশক সিংহ্
(তেছাদা অহানবা ফুরিং তূবা)

থোকচোম পিশক সিংহ্ খৃ: কুম ১৯২১দা তেছা খোংবান্দা পোকখি। অপোকপগী মিংনা থোকচোম গিরিধারি সিংহ্ অপোকপিগী মিংনা থোঙ্গ্রাম অমুবী দেবী কৌই। মচিন মনাও নূপা ৬কী মনূংদা অনিশুবা অঙাংনি। মতম অমদা তেছাদা ফুরিং তূবগী মেচিন লৈনরমদে, অদুবু পিশক্না পৃথিবীগী অনিশুবা লানজাও মমাংদা ফি তূনবা মেচিন লৈদুন ফুরিং তূবা হৌখ্রে। মতম অদুদা ফি তূবনা কুদাম মখুনদং হুৎলগ ফি কোনয়াই তক্তনা চুম্না তাইরগা কুদাম মারি শারগা অদুম পিরম্মী। কুদামদি ময়ূম ময়ূমদা মাগী মাগী থিরগা পান্নরম্মী। পিশক সিংহ্ পাঙন নূপিগী ফুরিং জোন জোন লাওবী অশুগ্বী তূবগীদমক পাঙন নূপিশিংনা মাবু তান্নে। মাগী শেবক ওইনা অহানবদা নাউরেম বাবু ওইরকই। অদুদগী মথং মথং সন্দোরক্তুনা ঙসি মাগী মচা নবকুমার/মনাও হৌজিক্কী মতমদা অরীবা মস্টর ওইনা লৈহৌরি।

শ্রী পিশক সিংহনা অথোকপম নিংঙোল ইবেতোন লৌদুনা মচানুপা তরুক পোক্তুনা লৈরি। মচাশিং চাউরবনিনা মাগী মাগী ময়ূম তোঙান তোঙান লৈনরবনিনা করিগুমবা মতমদা মচানুপা য়াইমা থোকচোম গোপিমোহোন নোংমৈবুং থবান থাবা লৈকায়দা নত্রগা তেছাদা লৈরগনা মচানুপা অতোনবা কেশোগীদা লৈ। অহল ওইরে, মমীৎ শোল্লে, মনা য়াদ্রে ফি তূবদগী থবক্তগী পোখারে। চাওখৎলকলবা ঙসিদি য়ূম খুদীংগী মেচিন লোইনরবসু তেছাদা অহানবা দর্জি ওইবদি থোকচোম পিশকনি। মাগী মথংদদি নিংথৌজম চন্দ্রমনিনি।

## ৩৯. শ্রীমতি নাউরেম খুমন দেবী
## (তেহ্লা গ্রাম পঞ্চায়েৎকী নুপি মেমবর অহানবা)

শ্রীমতি নাউরেম খুমন দেবী খৃ কুম ১৯১৮দা তেহ্লা খুনজাওদা পোকই। অপোকপগী মখিং মাইবম কামো সিংহ অমসুং অপোকপিগী মিংনা তোয়াইমা দেবী কৌই। মহাক ময়ূম মকৈ পানবগী মতম ওইরক্তুনা নাউরেম অঙৌ অমসুং মোইথাপকী মচানূপা নিংথৌরেনগা য়ূম পানবগী লম্বীদা খোঙদামিন্নখি। খুমন অমসুং নিংথৌরেন অঙাং অনি শুরকপদা তেহ্লা খোংবান্দা হোংদোকখি। মচানূপা অনি মচানূপী অনিনি। অহানবা অঙাং অদু হুইনা চিকপদগী শিখি। হিংনবগী লম্বীদা শেন্দানবা ওইনা ঙা ললোন্দুনা ইমুং মনুং পুই। খুমন দেবী মতম অমদা ১৯৭৪ / ৭৫ অদুরাইদা মনিপুরদা নিশা চাবা থিংনবা নিশাবন্দ তৌনরকপদা তেহ্লাগী ওইনা নিশাবন্দগী চেয়রমেন ওইনা পুই। খুমন ইবা পাবা হৈত্রবসু মীয়াম মমাঙদা মাইক্রোফোন পায়দুনা ৱা ঙাঙবদা য়াম্না ফৈ। তুংগী যূম্বীরেন ওইরক্কদবা নহাশিংবু লমখাঙদা নিশানা মাঙহনবদগী কলহৌনবা মফম মফমদা চত্তুনা ৱা ঙাঙলকখি। নিশা চাবা হুরানবা কয়ানা মখোয়গী য়েক্লবনি হায়দুনা ময়ূমদগী পোৎ-চৈ হুরানবা ফাওবা য়াওখি। অসুম্না লৈরম্লদগী ১৯৮২ গী পঞ্চায়েৎ মীখলদা নুপিগী মেম্বর অমা য়াওহনবদা খুমনসু মেম্বর মিরেপ ওইনা লেপখি। মুতুম চিনিগা লম্না তৌনবদা খুমন্না মায় পাকখি। মশাগী চহি ৭৪ শুরকপা ১৯৯২ গী ফেব্রুয়ারী থাদা সংসারদগী বীদাই লৌখি। তেহ্লাগী ওইনা নূপিগী পঞ্চায়েৎ মেম্বর নাউরেম খুমন্না অহানবনি।

৪০. হিদাম শুবল সিংহ
(অহানবা এ সি ও – বি এস এফ)

শ্রী হিদাম শুবল সিংহ হিদাম চাউবগী কুম খৃঃ ১৯৬৪ দা তেন্থা খুনৌ মমাং লৈকাই পল্লি ব্রাংমদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা হিদাম ইবোহল সিংহ অপোকপিনা থন্বালমচা কৌই। অঙাং ওইরিঙৈদা তেন্থা হায়স্কুল অমসুং লমদিং হায়স্কুলদা তম্লকুগা ১৯৮৪ দা ক্লাস তেন পাস তৌখি। বি এস সি পাস তৌরগা মতম খরা মনিপুর সরকারগী এ জি দা কেরানি ওইরম্মী। মতম অদুদা সি পি ও গী পরিক্ষা য়াওদুনা পাস তৌরক্তুনা ১৯৯১ দা এ সি ও (এসিষ্টেন্ট কমান্দেন্ট ওফিসর) বি এস এফ ওইনা থল্লকখি। ১৯৯৬ দা মাগী ফম খরা চাওখৎলক্তুনা দি সি ও ওইরে। মহাক জমুগী রাজৌরিদা বেতালিয়ান পুরি। ১৯৯৯ দা হঞ্জবম মালা দেবীগা লুহোংদুনা মচা নুপি অমা নুপা অমা অঙাং অনি ফংলে। শ্রী হিদাম শুবল সিংহ তেন্থাগী ওইনা এক্তিভ সার্ভিসকী এ সি ও, দি সি ও ফংবা অহানবা মীশক্লি।খৈরবা

৪১. খোকচোম গোপিমোহোন সিংহ
(তেম্বাগী এস ও অহানবা)

খোকচোম গোপিমোহোন সিংহ অন্দ্রো সুরচন্দ্রগী কুম ১৯৪৮ আগষ্টকী তাং ১৯ শগোলসেন নুমিৎতা তেম্বা খোংবান ময়াই লৈকাইদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা খোকচোম পিশক কৌই, অপোকপিনা ইবোতোন কৌই। মচিন মনাও নূপা তরুক্কী মনুংদা অনিশুবা নূপানি। ১৯৬৮ দা ক্লাস তেন পাস তৌরবা মতুংদা ১৯৭০ দা পি য়ু সি পাস তৌখি। ১৯৭৫ ইং দা ওরিস্যাগী কতক্তা 'স্কুল ওফ ইঞ্জিনিয়রিং কলেজ' দা এস ও পাস তৌখি। শ্রী গোপিমোহোন শেরাম চনু রাশেশ্বোরিগা লুহোংদুনা ঙসিদি নোংমৈবুং থব্রান থাবা লৈকাইদা য়ূম হোংগত্তুনা লৈখ্রে। মহাক হৌজিক এস ও (ইলেক্ট্রিক) পুদুনা খুমন লম্পাক্তা পোষ্টিং তাদুনা লৈরি। তেম্বাগী মীওইশিংগী মনুংদা এস ও কয়া লৈরবসু শ্রী গোপিমোহোন সিংহনা তেম্বাগী এস ও অহানবনি।

৪২. চৌধুরিময়ুম শুরেন্দ্র শর্ম্ম
(অহানবা এ আই আরগী এপ্রুভ আর্টিষ্ট)

শ্রী চৌধুরিময়ুম শুরেন্দ্র শর্ম্ম খৃঃ ১৯৬৬ ইংগী কালেন তৃতিয়া লৈবাকপোকপা নুমিৎ এপ্রিলগী তাং ২৭ তা তেন্থা খুনজাওদা পোকখি। অপোকপগী মমিংনা য়াইমা শর্ম্ম, অপোকপিগী মিংনা গুরুঅরিবম তোম্বী দেবী কৌই। মমা মপাগী মচানূপা মথন্তনি, নিংঙোল মাপন মখাদা লৈ, মানা খ্বাইদগী অহলনি। শ্রী শুরেন্দ্র শর্ম্ম অঙাং ওইনা নাত্য সাগর তেন্থাগী আর্টিষ্ট অমা ওইনা য়াওরকই। ড্রামা য়াওরম্বদগী এ আই আর ইম্ফালগী ড্রামাগী ওদিসন য়াওনবা (মা না সা) মনিপুর নাত্য সাগর, তেন্থানা থাখি। মহাক্কী খোঞ্জেলগীদা নত্তনা ফম্বাক লিলা কয়াদসু কয়ারক শরুক য়ারকখ্রে। মহাক মনিপুর সরকারগী রিভেনিউ দিপার্টমেন্টগী জিলাদার ওইদুনা লৈরি। শ্রী শুরেন্দ্র শর্ম্ম তেন্থা খুনৌদা লৈরম্বদগী খুদোং চাদবা খরা লৈবদগী ইম্ফালগী বামোন লৈকাই ব্রহ্মপুর লৈকাইদা লৈখ্রে। মহাক তেন্থা মচা অমা ওইনা এ আই আরগী এপ্রুভ আর্টিষ্ট অহানবনি। শ্রী সামুরাইলাৎপম চিত্রভানুগা য়ূম পানবগী লম্বীদা খোঙদারে।

খৈরবা

# তেন্থা

থৌবাল জিলাগী মনূংচন্না লৈবা খুন অমনি তেন্থা। ইম্ফালদগী ইন্দো বর্ম্মা সুগুনু রোদতগী নোংচুপ পাংনা ৱাংজিংদগী কিলোমিটর ৭ (তরেৎ) লোম চৎলগা পিক্তকপা চীংদুম মচা কংলা চীংদোন কৌবা চীংঅসিগী মখোঙদা কোয়না তাবা খুন অমনি। ঙসিদি চীং অসিদগী নোংপোক চীংঙ্খেরোমদা কিলোমিটর ১ব২ রোম হাইগৎলগা ৱাংজিং তেনথা তুরেলগী তোর্ব্বানগী নাক য়েত্তা খুন্দারে। তেন্থাদা শাগৈ ৭০ব৮০ রোম তারে। শাগৈ ৪ব৫দি তেন্তাদা হান্না খুন্দাদুনা লৈবন্নবা কাঙবুনি। অদুবু কনানা ইহান-হান্না খুন্দাখিবগে, ইহান-হান্না তেন্তাদা খুন্দাখিবা মীশক্তু কনানো হায়বদুদি হায়বদা ৱানা থোক্লি। মণিপুরগী ইতিহাসতা তেন্থাগী কংলা চীংগী মতীক ময়াই ইদুনা লৈরি। চীং অসিগী মমিং থোনখিবা ১দি তেন্থাদা মীশীংনা খুন্দাখিবগী নুংশিরবা ৱারী কয়া অমসু লৈরি।

লৌউ-শিংউ ১দি ইকোপ-পাৎ, খরূংপাত্তা কূমদুনা হীংনবগী শিন্থা পাঙবনা মরুওইবা শীনফম ওইরিবা তেন্থাগী মীওইশিংগী মরক্তগী মশক নাইবা কয়া অমা য়াওবক্তুনা ঙসিদি পীক্লবা তেন্তা খুঙ্গংনা লমদমসিগী হীরম-থৌদোক খরদদি মাঙজিল থাবা ঙমজবে।

চেবী

২৪।০৫।০৮